কোংজবা—
শ্রীপেচিময়ুম কোকঙাং সিংহ
কোংপাল পোরোমপাৎ রোড, ইম্ফাল



১বা খুৎনম—কপী ১০০০

তাং ১৫।১।৬৮ ইং

কংকম—ইম্ফালগী মরু ওইবা বুক ষ্টোরশিং

 [মমল লুঃ ৩.০০তনি]



নম্ফম – ধনেশ্বরী প্রেস, বি, টী, রোড ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

"ৱারী তরানিথোয়" হায়বা লাইরিক মচা অসিদা ভারতকী অথোইবা মীশক তরানিথোইগী পুন্সি-ৱারী অরায়বা লোন্দা ইজদুনা হৌরকইবা নাহারোন খুদিংনা লায়না খংবা ঙম্নবা হোংনজরী।

ভারতকী অফাওবশিং অসিনা করম্বা খুভম লৌদুনা করি করি খবক পাঙথোকলমদুন ইরৈবাক ইজাতিগী করম্বা সেবা নৌংখিনা তৌরম্মগে হায়বা মুন্না পাবিরিবশিংনা খংবিদুনা মখোয়গী নক্লনদগী তৌবিমল্ল থঙনা রাখল অমদি পুকচেলগা লোয়ননা ফিদম লৌবিনিংবগী রাখল ইহুল তম্বিদুনা পুনসিদা খোংদাবিরবদি সমাজগী মনুংদা ইরৈবাক ইজাতিগী সেবা খরদং ওইরবন্নু তৌবা ঙমজগনি হায়বগী আশাদা ইজবনি।

অরোইবদা হায়জনিংবদি অচিনবা মতমগী অথুবা খুৎলম ওইখিবনা বনান লানবা খরা য়াওথরে, মথংগী খুৎনমদা চুমথোক-চগে ময়াম্না ভাকপায়।

অইবা

# স্মাওকম ভাকপা





# ৱারী তরানিথোই

## তাত্যা টোপে

তাত্যা টোপে ভারতকী থৌনা ফবা লান্মী অমগী মমিংনি। ইং শোক ১৮৫৭ কী লালহৌবদা মহাক্না য়াম্না থৌনা ফনা অমস্তুং হৈশিংনা ইংরেজীশিংগা লান শোকখি। মতম অদুদা মহাক্না মমিংদি ইংরেজীগী চাওর চাওরবা জেনেরেলশিংদগীস্তু হেল্লি!

ইংশোক ১৮১৪ দা তাত্যা টোপে পোকই। মহাককী অশেংবা মমিংদি রামচন্দ্র পাণ্ডুরঙ্গ কৌই। অদুগা মহাকপু পোকপা মপাগী মমিংনা পাণ্ডুরঙ্গভট্ট কৌই। পাণ্ডুরঙ্গ ভটট হায়বসি বাজীরাও পেশৱাগী দান তৌনবা লনগৈ পান্নবা ওইরম্মী। ইংরেজীশিংনা সন্ধী তৌনবগী মতুং ইন্না বাজীরাও পেশৱানা লক্নৌদা লাকপদা পাণ্ডুরঙ্গ ভট্টস্তু য়াওরকখি। বাজীরাওগী অয়োকপা মচা নানা পেশৱাগা তাত্যা টোপেগা য়াম্না অভাং ওইরিঙৈদগী অমত্ত ওইনা তিম্নদুনা অমস্তুং শান্নমিন্নদুনা চাওর-কখি। অহানবা লালহৌগী মতমদা নানা সাহেব পেশৱাগী থবক তৌদুনা তাত্যা টোপে অচম্বা কেরাণী অমা ওইনা হৌরকখি

কানপুরদা ইংরেজীশিংনা মাইথিরদুনা নানা সাহেবনা পেশয়াগী নিংথৌ খুডম ফংলবদসু মহাক্কী থবক অদু অদুম তৌদুনা মরৈরি নানা সাহেবনা ইংরেজীশিংগী খুত্তা মাইথিরহুনা কানপুরদা অমুক হক্তিল্লক্রবা মতমদা তাত্যা টোপেনা কলম থাদোক্লগা থাংশাং অমুক হন্না পায়থংলকখি।

তাত্যা টোপেনা নানা সহেবপু বিঠুর থাদোকতুনা ফতেহ-পুরদা চেম্নবা পাওতাক পিরমলগা নানাগা মাইথিরব লাম্মীশিংবু অমুক নোনা শেমগংতুনা ইংরেজীশিংগা অকনবা লান শোকনখি তাত্যা টোপেগী মতেংনা নানা সাহেবনা বিঠুর অমুক হক্তিনবা ঙমখি। পাও অসি তারদুনা ইংরেজগী জেনেরেল হৈরলাক্না লাক্নাদা লান তৌবা তোকতুনা কানপুরদা লাক্লে। মফম অসিদা ইংরেজগী লাম্মী হৈরলাকানা লুচিংবা অদুগা ভারতকী লাম্মী তাত্যা টোপেনা লুচিংবা অদুগা অকনবা লান শোক্নখি। লানফম অসিদা তাত্যা টোপেনা লুচিংবা লাম্মী মাইথিবা ফংখি।

মাংদা ইংরেজ লাম্মীনা লেপ্পুনা লৈখি। অদুগা তুংলোমদনা গঙ্গা তুরেলনা ঈমাই পান চেল্লম্মী। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা তাত্যা টোপেনা লাম্মী থংজিক্লংগা ইংরেজ লাম্মী ময়ামগা লান শোক্লবত্ত তোকথোকতুনা লাম্মীশিং অদো ঈশিং লাম্থোকহল্লে অদুগা মহাকস্থ গঙ্গা তুরেল লাম্থোকতু ফতেহপুরদা থুংখ্রে। মফম অদুদা তাত্যা টোপেনা লাম্মী থর অমুক শেমগংতুদা কালপীদা ইংরেজগী কিচদা য়াওরম্বা ভারত লাম্মীনে অদুগা নানা সাহেবকী লাম্মীনে মফম অদুদা পুন্না অমুক থেংনরে।

তেঙ্গোল অহুম অদো পুম্না লৈরিবা কানপুরদা লৈরিবা ইংরেজগী মথক্তা লান্দাখি। সুমিৎ হুমনি চুপ্পা অকনবা লান থেংনরবা মতুংদা কানপূর অমুক হন্না ভারতকী মখুংতা তারে। অরাবনি লক্ষ্ণৌ অমসুং ইলাহাবাদতা লৈরম্বা ইংরেজী লাম্মী পুম্নমক কানপুররোমদা গুন্না থোমজিন্নক্লে তাত্যা টোপ অমসুং নানা সাহেব লেপ্তুনা ইংরেজ লাম্মীশিংগা য়ান্নখি তোইগুম্বসুং মথোয়গী পাঙ্গলদি ময়েং তারকই। অদুগা অগরোমদা ইংরেজগী লাম্মী শিংগী মপাঙ্গলদি অসুম অসুম কনথংলম্মী। লক্ষ্ণৌরোমদগী জেনেরেল কেমপবেলনা লুচিংবা লাম্মী মপৈ অমসু কানপুরদা থুংলরে সুমিৎ তরুক্কি অকনবা লান থেংনরবা মতুংদা কানপুরদা অমুক হন্না ইংরেজগী মথক্তা তাখ্রে। মফম অসিদগী লান তোবা তোক্তুনা তাত্যা টোপেনা অনৌবা লাম্মী শেমগৎনবা হায়দুনা কালপিদা থুংলরে। নানা সাহেবনা শাহাজহাপুরদা থুংখ্রে। নানা সাহেবনা তাত্যা টোপেগা উন্ননবা কনা হোৎনখি অদুবু অরেম্বদা তাখি।

তাত্যা টোপেনা কালপিদা থুংলদুনা অচোবা লাম্মী অমুক হন্না শেমগৎতুনা নানা সাহেবকী মতুং ইন্নরিবা ইংরেজ লাম্মীগী মথক্তা তুংলোমদা লোননা লান্দাগে হায়না খল্লি। মীনা শেম্বনা অমা লাইনা শিনবনা অমা হায়বদুনি, মতম অসিদ ঝানসিদা রাণী লক্ষ্মীবাইনা ইংরেজগী লাম্মী সার হিয়ুরোজনা লুচিংবা অদুগা য়াম্না কননা লান থেংনরমই। সুমিৎ নিপাননি অকনা লান থেংনরবা তুংদা রাণী লক্ষ্মীবাইনা তাত্যাটোপেদা মতেং নিরকই, তাত্যা টোপেনা

লক্ষ্মৌরোমদা চংপা তোকথোক্তুনা ঝান্সিরোমদা পাংলক্লে। মতম অসিদা মহাক্কী সিক্কাই লিশিং ১৪দগী হেন্না লৈরমই। মরম অদুদা তাত্যা টোপেনা রানী মতেং পাংবা লাক্লি হায়বা থংনবগীদমক অরাংব চীংজাওগী মতোন্দ মৈ থারমই। মৈ অসিবু উরগা রাণী অমদি মহাককী লানমীশিংগী মথোনা হেঙ্গংলমই। তাত্যা টোপেনা অহিংদা সার হিয়ুরোজগী তুংলোমদা লান্দাবা পামলমই। সার হিয়ুরোজন থৌরাংশিংজু মুম্না থংখি। হিয়ুরোজনা ঝানসিগী কিলদা অরেপ্পা কতন কাপলমই। তাত্যা টোপেগী লানমীশিংনা তোপশিং অদু মুনগে হায়দুনা অরেপপা লৈতনা হোংচিল্লি মদুদা তাত্যাগী লানমী অয়াম্বা শিখি। তাত্যাগী মতেং ফংবা গুমদ্রক্কাওবদা থৌনা ফরবী লক্ষ্মীবাইনা মথরাই থুবাক্তা হাপতুনা সার হিয়ুরোজবু মাইথিবা পিনবা কম্না হোংনৈ তোইগুম্বসুং ফত্রবা মী অমা অনিনা খা থংবা থোংজাও অদু হাংদোকখি। মতৌ অসুম তৌনা ইংরেজ লানমীশিংনা ঈশিং ঈচাওগী মতৌগুমলদুনা কিলা মনুংদা চেনশিলকলবদা কনবা ও গনি হায়বা উদ্রেদুনা রাণীনা লানবনদগী থোরক্লে। রাণীনা কালপিদা অমুক লাক্তুনা তাত্যাগা তিন্নরে। সার হিয়ুরোজ কালপিদা অমুক লাক্লে। কালপিদা তাত্যা তোপেনা গ্বালীয়রগী লানমীবু মহাক্কী মাইকৈরোমদা য়াওহল্লগা গ্বালীয়র লৌশিল্লগা লান শোক্লগে হায়না খল্লি। মতম অসিদা গ্বালীয়রগী নিংথৌ সিন্ধীয়ানা ইংরেজগী মতেং য়াম্না পাংনিংলমই। তাত্যাবু হেক উবদা সিন্ধীয়াগী

লাম্মীশিংনা তাত্যা টোপেগী মতেংদা নিংং য়াওখি। মমৈ থংদা খালোয়ার লৌশল্লে অতুগ সিঙ্কীয়ানা মরৈবাক থাদোক্তুনা চেনখ্রে। সার হিথ্রোজনা অমুক হন্না সিঙ্কীয়ানবু পুরক্তুনা খালীয়াদা লান্দারকখি নুমিৎ কয়ানি চুপ্পা অকনবা লান থেংনখি। মতম অসিদা মফম খুদিংমক্তা লানগী মৈয়া মুৎশিল্লক্লে। দিল্লি কানপুর লক্ষ্ণৌ অমদি ইলাহাবাদন চিংবা ইংরেজীগী মখৎতা তাখ্রে। (মফম খুদিংমক্তগী ইংরেজী লাম্মী ময়াম থোমজিল্লক্লে। খালীয়াদা অকনবা লান অমূক থেংনরক্লে। তাত্যা টোপেনা নাগপুরদা চংলগা লান থেংননবা অনৌবা লম্বেল শেমগে খনখি।) ইংরেজশিংনা মহাকপু নর্ম্মদা তুরেল লান্দনবা কন্না হোৎখি। ইংরেজশিংগী শাজৎ মুন্না থংলবা থোনা ফরবা লান্দা হৈ শিংলবা তাত্যা টোপেনা করি অমত্তা থৌশাবা তৌদনা নর্ম্মদা তুরেল লাস্থোক্তুনা নাগপুরদা থুংখ্রে। মফম মফম খুদিংমক্তা লানলোবগী মাই পাকশিল্লক্তুনা অতুদা মহাক্না মফম অতুদগী মতেং ফংগনি হায়না থল্লম্বা অতু অরেম্বা ওয়াখি। মহাক্না অমুক হন্না নর্ম্মদা তুরেল লাস্থোকতুনা ইংরেজশিংগা অকনবা লান থেংনরক্লে। মাইকৈ মরিদগী ইংরেজগী লাম্মীশিংনা তাত্যাবু কোইশিনখি। অতুম ওইদুনসু মহাকপু ফাবদি মঙমখিদ্রে। লানহৌবশিংগী মথৱায় কয়ানা মমা লৈবাক্কী দমক কংখ্রবসু লানহৌবগী মৈথিদি মপুং ফানা মুৎশিল্লক্লে। হৌজিক কাওবা তাতাগী পন্থোয়দা নিংহন্নবগী রাখল লৈত্রি। মমাই থংবা ভারতকী অম্বকপা উমং, তুরেল অমদি চীংজাওশিং মহাকনা মুন্না থংই। মফমশিং অতুদা তাত্যা টোপেনা অমুক হন্না লান্দানবা হায়দুনা লোইদুনা লৈখি। ইংরেজশিংনা

অমুক হন্না লান্দারক্কদ্রা হায়না য়াম্না কিন। শাক্লেন তৌনা মিংকুপ নাত্তুম শিংনা লৈখি।

ইংরেজশিংনা মপাঙ্গল মপৌনানা মহাকপু ফাবা ওমদ্রবদা মতৌ করম্না মহাকপু ফাসিগে হায়না খল্লে। মমৈথংদা মহাকপু লৌনম তৌদুনা ফাগে হায়না খল্লক্লে। মরম অসিনা তাত্যাগী মরুপ সরদার মানসিংহবু লৈবাক্কী অচৌবা ফম অমা হাপ্পিগনি হায়না থমলে। মতম অসিদা তাত্যাদিময়াই থংবা ভারতকী শুরুবা উমংশিংদ লোংতুনা লৈরি। নোংমদি মহাক্না তুমদুনা লৈরিঙৈদা সরদার মানসিংহনা ইংরেজ লান্মী পুরক্তুনা ফারে। মথংগী নুমিত্তা মহাক মেজরমীচাগী কেম্পতা পুখ্রে। তমখিরবা ইংরেজী অচৌবশিংনা তাত্যা টোপেবু মথোং মথুং পুনসিন্দুনা নুমিৎ হুমনি চুপ্পা বা হংলমই। য়াহৈ খুদিংগী পাওথুম মহাক্না হিন্দিদা পিরম্মী। মহক্কী পাওখুম খুদিংমক দায়রিদা ইহল্লে। মমৈথংদা মহাকপু বিচারগাদগী লান্মীগী য়ায়েলশংদা লাপ্থোকখে, তাত্যা টোপেনা মহাক্কী কেণতা থুমখি— "ঐহাক্না তৌরিবা থবক খুদিংমক ঐগী ইবুঙোগা য়াথং মতু ইম্না তৌবনি। লানফমদা ঐহাক্না অনাদি নমা সাহেবনা ইংরেজ লানমী অমা ফাওবা হাংখিদ্রে। ঐহাক্না ইংরেজ্জী য়ারেপশিংদগী করি শুম্বদম্ভ অস্তপ্না য়ায়েল ফংগনি হায়বা থাজদে। মসিদগী হেন্না ঐহাক থৌদোক অসিগী মরাদ অমুক হন্না ওাওলরোই" ইংরেজী লান্মীগী য়ায়েলশংদা মহাকপু ফাসীগী য়াথং পীরমই। তাত্যানা য়াথং অদু মোমোন নোক্তুনা লৌখি।

•

ইং শোক ১৮৫৯ গী এপ্রিলগী তাং ১৮ দা মহাক ফাঁসী তৌথি। মহাকনা য়াম্না অচেৎপা রাথলগা লোয়ননা ফাঁসীগী সগাইদা কাখি। অমসুং ফাঁসীগী থোরি অদু মশা মতোমতা গগুক্তা হুকচিনখি। মতম অদুদা ইংরেজগী অগুম্বশিংনা অফবা শাড়ুনা মহাক্কী মপুক্কিংদা করি লৈবগে হংখি। তাত্যা টোপেনা অবোইবা ওইনা অসিমক্তুং হায়রমই—।

"ঐনা পাম্বদি অসিমক্তনি ঐগী অহল ওইরবা ইপা অমসুং শাগৈ নাইতৈগা ঐগী থবক অসিগা করি অমত্তা মরী লৈনদে। ঐগী মরমগীদমক মখোয়বু অরাবা পিবিগনু।"

মতৌ অম্সুম তৌদুনা তাত্যা টোপেনা ফাঁসীগী সগাইদা তোংদুনা পুনসিগী লিলা লোইশিনখি। বিদেশকী শাসন তোরশিংনা অসিগুম্বা দেশ ভক্তসিবু য়াম্না ইকাই খুম্নখি। মহাক্কী অশিবা নশা অদু ফাসীগী থোরাদগী লোথোকপা মতমদা ইংরেজী কানমীশিংনা মকোক নোন্দুনা ইকাই খুম্নবা উংখি। মহাক্কা দেশকীদমক মথৱায় কংথোক্তুনা ভারত মচাশিংগী থম্মোয়দা নিংতম্বগী কনামগুনা মুথংপা ঙমলরোইদবা মৈরী অমা চুথংপিরমহ।

# মাইকেল মধুসূদন দত্ত

মাইকেল মধুসূদনগী পূনসিগী ৱারী অওকপনি। বাঙ্গলা দেশকী সাগরদারী খুঙ্গংদা রাজনরায়ণগী য়ুমদা মধুসূদন পোকখি। মহাককী মনাওনিপা অমসুং মচনুপী অমা লৈরম্মী। অদুবু মখোয় শিং অদো দেম্না অঙাং ওইরিঙৈদা শিখিবা মরম্না মধুসূদনবু মমা মপানা য়াম্না নুংনা তৌবমই। মধুসূদন অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না লমচৎ ফজবা অমসুং রাখল খনবা মী অমা ওইরম্মী। মরম অদুনা মানা মমা মপাগী পুকচেল য়াম্না তিন্নবা মী অমা ওইরম্মী। মহাককী মমা জাহ্নবী দেবী কবিতাগী গুণ ফংলমমী, মদু ফংবদগী মধুসূদনন। তাইবংদা শিবা নাইদ্রবা মিংচৎ ফংবা ঙমখ্রবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী মহাক্না কলেজদ লাইরিক তম্লা য়াম্না পামলমই, অদুগা মহাককী পূনসিদা অফাওবা মী অমা ওইগে হায়না লেপখি।

মধুসূদনগী রাখল অসুপকী মতিক চপমী, মদুদি—মঙোন্দ নাপন য়াওদে অমসুং অরাবা তারবা মীগী মতেং পাংগে লেপখি। খুঙ্গংগী পাঠশালাদা মহৈ তম্বা লোইরবদা রাজনারায়ন বাবুনা মধুসূদনবু কলিকাতাগী হিন্দু কলেজদা মমিং চনবিখি। মতম অদু হিন্দু সভাতাবু নমথবা লাইরিক মতম্বী অমা কম্না শন্দোকপা মতম্নি। মফম মফম খুদিংমক্না ইংরেজী সংস্কার, ইংরেজী সভ্যতা

ইংরেজী রাজনিতি অমসুং ঈসাই ধর্ম্মবু য়োক থাকপা মহৈগী মরু ওইবা পন্থুংক্নম ওইরম্মী। ইনাক খুনবা মপাগী অমস্তা ভাইজরবা মচা ওইবনা মধুসূদননা হিন্দুগী সংস্কারবু লাইথোকখি অমসুং চৎনবীগী মখা পোন্দুনা মাগী থম্মোয় অদু ইংরেজীগী চৎনবীরে.মদা ওনশিনখি চাবা থকপা শেৎপা খুদিংদা থাঙ্গশেংবা সাহেব ওনখি। ইংরেজগী ফিজেৎ শেৎপদা নত্তনা ই.রেজী লোন তম্বদসু মপুং ফাখি। মমা লোন বাঙ্গলা থাদোক্তুনা ইংরেজী লোনবু নিংথিজনা লোনবা হৌখি। অমসুং ইংরেজী লোন্দা চৈরেং মচা মচা ইবা হৌখি। মহাকপু পোকপা মপানা দেশকা মশক মতৌ ফজরবী নুপী অমবু লূহোংবীগে হায়না থল্লম্মী। মতম অদুদা মহাক্না মমাদা হায়রম্মী। "ইমা ঐদ বাঙ্গলা নুপী লুহোংলোই মরমদি বাঙ্গলা নুপীদি ইংরেজী নুপাগুম্না মশক ফজদে অমসুং গুণ চেন্দে"। নোংমদি মহাক্কী মযুমদা লুহোংবগী শিল্লাংলিভৈদা য়ুমদগী চেনখ্রে, অদুগা খৃস্টান ধর্ম্ম লৌরে। মহাক্না খৃস্টান ওল্লবা মতুংদা মহাক্কী মমিং মাইকেল মধুসূদন ওনখি। মহাক্না অতোপ্পা ধর্ম্ম লৌবা মরম্না মমা মপানা মহাকপু য়ুমদা থম্বা ঙমদ্রে, অদু ওইরবসু মচা নুংশিবগী প্রেম অদুদি রাৎলমদে। নোংমদি মপানা শাওরদুনা শেলগী মতেং পিবিদ্রে। মসিদগী মহাক্না শেল তাম্নবগীদমক্তনি হায়দুনা মাদ্রাজ চংলগে লেপলে। মাদ্রাজ য়োম্নগা খৃস্টান চৎপা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বীদুনা, মানা মতুদগী ফংলকপা শেল অদুনা পুনসি লেনবা তারম্মী।

কলেজদা লাইরিক তমলিজৈদদি শেলগী অরাংপা লৈতবা মরম্না হৌরাওনা সাহিত্য সেবা তৌবা ঙমখি। অদুবু হৌজিক্তি হিংনবগীদমক সাহিত্য সেবা তৌবা তারক্লব্রা ? মতম অশংবদা মহক্না লেখক ওইদুনা মিংচৎ তানবা হৌরক্লম্মী। মহাক্না থুনমক ইংরেজীগী রচনা অম কোংলে। হৌজিক্তি মহাক ইংরেজীগী লেখক অমা হায়বদু ওইরে। অদুবু মহাক ইংরেজীগী অফাওবা লেখক অমা ওইবা ঙমগদৌরিব্রা ? মধুসূদন অঙাং ওইরিজৈদগী মরুপ গৌড়দাস বনাক অমসুং হৌজিক ভারতকী মুপীনা লাইরিক তম্বগী পুথোকলমবা বেথুন সাহেবনা কনাগুম্বা বিদেশ মচানা ইংরেজী সাহিত্যদা ইদুনা ইংরেজী মচা অমগুম্না অফবা লাইরিক পুথোকপা ঙমলোই হায়না মাঙোন্দা তাকপিখি। মরম অসিদগী মধুসূদননা বাঙ্গলা সাহিত্য রচনা ইনবগীদমক বাঙ্গলা লোন অমুক হন্না তম্বা হৌখি। মাদ্রাজদা মহাক্না রেবকা ম্যাবট মস কৌবী কুমারী অমবু লুহোংখি।

অদুবু মহাক্কী রাখলগা চানদবা মরম্না নুপী অদুগসু কায়নবা তাখি। অসিগী মতুংদা মাদ্রাজ কলেজগী ওঝা মকোক অদুগী মচানুপীগা অমুক হন্না লুহোংখি। মতম অদুদা মধুসূদন নুমিৎ খুদিংগী ফোংবা পত্র অমগী সম্পাদকসু ওইরি, অদুগা প্রেসি-ডেন্সি কলেজগী ওঝাসু ওইরি। হায়রিবা থবকশিং অসিদগী ফংলকপা পৈশাশিং অদুনদি মধুসূদনদদি মতিক চাবা নত্তে। চহি নিপানগী মতুংদা অমুক হন্না মধুসূদন পোরুক্ফম লমদম বাঙ্গলাদা হন্নক্লে, মধুসূদননা মাদ্রাজদা লৈরিজৈদা মমা মপা অনি-

মক শিথি । মহাক্নদি মহাকপু শাগৈ নাত্তৈদা শিন্নবীরমগনি হায়না থল্লি । অদুবু অদুগী মছুত্তা মপানা থনম্বা লৌ ইংখোল পুন্নমক লোইনা য়োম্নোকলম্লে, করি অমুক হায়গনি মহাকপু মশক ক্নাওবা খংবিরমদ্রে । মধুসূদননা হিংনবগীদমক অক্কিসতা থবক তৌবা তাথি মতম অদুদা মধুসূদননা বাঙ্গলা লোন্দা ড্রামা ইবা হৌখি । ইবা " শার্মিষ্ঠা পদ্মবতি " আসনচিংবা মমিং য়াম্না চংখি । মহাক্না কাব্য গন্থশিংগী মনুংদা " মেঘনাদবধ " অসিনা মহাকপু নিংশিংবদা মতিক চাহল্লি । মহাক্কী নুপী অমসুং মচাশিংবু কলিকতাদা থনমলগা উকিল তম্নবগীদমক বিলাট চংখি । কলিকতাদা মাগী নুপীনা শেল য়াম্না চিল্লম্মী । অদুনা মহাকসু মচা নুপা নুপিশিংবু পুহুনা বিলাটতা থুংখি । মধুসূদন অসি বিলাটতা শেল য়াম্না তোলশিল্লে, অদুবু মক্নম অদুদগী কনাগীসু মত্তেং ফংখিদ্রে । মমৈথংদা ঈশ্বরচন্দ্রবিদ্যসগরদা চিঠী অমা ইরকখি । মহাক্কী মতেংদগী উকিল তম্বা লোইবা ওমখি । বিলাটতগী হল্লক্লগা কলিকতা হায়কোতা মধুসূদন উকিলগী থবক তৌবা হৌখি । মসিদগী ফংলকপা শেল অসিনা মহাক্কীদি মতিক চাবা নত্তে মরম অদুনা মাগী মরল তোনবা অদু অসুম অসুম হেন্নং-লক্লম্মী মদু ওইরবসু মহাক্না মাগী মতেং পাংবদা নিংহন্নবা লৈরমদে । মধুসূদনগী "অরোইবা পুন্সিদি য়াম্না থন্ননিংঙাইনি । মহাক্কী নুপিনা শিরবা তুংদা শোক ১৮৭৩দা অলিপুরগী লায়েংশংদা মধুসূদন নোঙ্গাখি ।

# সৈয়দ অহমদ খাঁ

সৈয়দ অহমদ খাঁ দেশকী অচোবা মীশিংগী মন্নুংদা অমনি। মহাক্না মহৈ মশিং চাওখৎনবা অমস্নুং সমাজগী অমোৎপশিংবু শেংদোক্নবা কন্না হোৎনরম্মী। মহাক দিল্লিগী অক্ষবা ইমুং অমস্নুং ধর্ম্ম চেনবা ইমুংদা পোকখি।

সৈয়দ অহমদ খাঁগী মপা মরীমুত্তকী হায়বা অসি হজরত মহামদকী শাগৈদা পোকখি। মখোয়গী মপা মপুগী মরমদা অস্নুম্না হায়নৈ – মরীমুত্তকী মপা মপুশিং অদো উময়াশিংনা ওৎনৈবদগী মীপাইদুনা ইরান্দা, অদুগী মতুংদা অমুক আফগানিস্তান্দা চৎখি। অসিগী মতুংদা শাহজহাঁনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা ইমুং অসি ভারতবর্ষদা অমুক হল্লকখি। মতম অদুদা ইমুং অসিগী মীশিংনা মুগোল দরবারদা অচৌ অচোবা কমনাইবা ওইদুনা থবক তৌখি। সৈয়দ অহমদ খাঁগী মপাদি মহৈ মশিং থর রাৎপনা অচোবা খুভম ফংবা ওমখিদে। সৈয়দ অহমদ খাঁন পোকপা মতমদা দিল্লিগী ক্ষিভম অসি পুমওন ওল্লম্মী। ইংরেজীশিংনা দিল্লিগী লল পুন্নমক লৌরগসু মুগোল নিংথৌরেল শাহ অলমবু লালকিল্লাগী মন্নুংদা কেনা মৌনা থমখি। শাহ আলমবু লৈবাককী কননবা খনবগী মহুত্তা শেল মতিক চানা ফংবা মরম্না মকম অদুদা মশাগী সুংঙাইনবা অমদি কে মৌনা লৈনবতা হোৎনরম্মী। সৈয়দ অহমদ খাঁ অসি

অণ্ডাং ওইরিবৈদগী হৌনা দিল্লিদদা চাওরকপা মরম্না মুগোলগী শাসন অমদি ইংরেজী শাসন অনিমকপু মুন্না খংই।

ছাত্রগী পূন্সিবু মহাক্না অতুক য়াম্না চেকশিনখিদে মরমদি মহাক্না অতোপ্পা ছাত্রদগী হেন্না ইজৎ ফংগদবনি হায়বা নিংখিদে। মশাগী মপাঙ্গল্না হেন্না লৈ হায়না মহাক্না লৌখি। মহাক ইরোয়বা, তেন কাপ্পা য়াম্না নিংথিনা হৈ, মসি মহাক্না মপাদগী তম-হৌবনি মহাক কোরানস্ত হৈ মহাকপু মকতবতা থ রখী। মফম অদুদগী আরবী অমসুং ফার্সীগী জ্ঞান নিংথিজনা তানশিল্লম্মী। মহাক্কী মমা অসি চাওখৎপা ইমুংদগী হৌরকপনি মরম অসিনা ফার্সী লোন অমসুং * সংস্কৃতী মুন্না খংলম্মী * (মুসলিমগী) মহাক্না মচানিপাবু য়াম্না চেকশিন্না য়োকখি। সৈয়দ অহমদ খাঁনা খোদোক অমদা মমাগী মরমদা য়াম্না নিংথিজনা ইরম্মী। "মতম অদুদা ঐগী চহি ১১রোম শুরমগনি. ঐনা কহিগুম্বা র্‌া অমদা ঐখোয়গী মীনাই অদুদা নোক্লম্মী। ইমাসু ঐগী র অদু তারম্মী। ঐহাকপু মানা শাওদুনা য়ুমদগী তান্থোক্লে মতুদা ঐহাক শুমিৎ চুম্না মরিমতা খুড়া থোকপা অমগী য়ুংদা লৈবা তাখি। ঐনা মীনায় অদুদা হায়জরবা মতুংদা ইমানা ঐবু য়ুমদা চংহনখি।"

সৈয়দ অহমদ খাঁনা চহি ১৯ শুরকপা মতমদা মহাকপু পোকপা মপা লৈখিদ্রে। মরম অসিনা মহাক থবক তৌবদা তাখি। মহাক্কী শাগৈ নাতৈনদি মহাকপু মপাগী মতৌগুম্না নিংথৌরেনগী দরবারদা থবক তৌবা পাম্মী, অদুগা মহাক্নদি ইংরেজগী কোম-পানিদা থবক তৌবা পামলম্মী। মসিগী মরমদি মুগোল শাগৈগী

থৱানমিচাক মুৎথরক্লে হায়বা মহাক্না য়াম্না মুম্না থৎই। হালী কবিনা মহাক্কী মরমদা অশুম্না ইরম্মী "সৈয়দ অহমদ খাঁ কাম্নুংদা মোক্তুনা চাওখিবনি অদু ওইরবসু জয় তৌরিবা শাসন পায়বা কাংবুগী মখাদ থবক তৌখি। মহাক য়াম্না হায়বা ইম্বা কর্ম্মচারী অদু ওইরবসু ইংরেজগী মীহৎখর রাংপা মরম্না রায়েনবদা অদুক য়াম্না নমিং চংপাদি ঙমদ্রিদে।

ভারতবর্ষনা নৈবা হিন্দু মুসলমান অনি পুম্না নিংথৌরেল বাহাদুর সাহনা দিল্লিগী নিংথৌরেল খুত্তম হঞ্জিন্নবা অকনবা লানহৌ অমা হৌখি। অদুবু লান অদো মাই পাকপা ঙমদ্রুনা বাহাদুরসাহ দেশতগী তান্থোকপে, অদুগা লোয়ন লোয়ননা হিন্দু-স্থানদা মুগোল নিংথৌরেলশিংগী খুত্তম মুনখিরম্মী লানহৌ অসিগী মতমদা সৈয়দ অহমদ খাঁ অসি বিজনোরদা রায়েনবগী থবক তৌদুনা লৈরম্মী। মহাক্না য়াম্না হায়বা ইম্বা অমা ওইনা ইংরেজী-শিংগী মথৱই অনস্থুং নপোং মচৈ পুম্নমক ঙাক শেন্নম্মী। মহাক্ন ইংরেজীশিংবু য়াম্না নুংনা তৌই অদুগা ইংরেজী লোনবুসু য়াম্না পামথি। মহাক্কী রাখলদদি ইংরেজীশিংগী মথক্তা হিন্দুস্থানীশিনা লান হৌখিব অদু অনি অসিগা মথক্তা করিগুম্বা অরানবা অমা লৈদ্রুনা তৌবনি হায়না লৌখি। মসিগী মরমদা মহাক্না লাইরিক অমা ইখি। মসিথংদদি ইংরেজীশিংনা মুসলমানশিংবু ওৎপা হৌরকলে। মুসলমান কয়াগা ইমুংবু তমথিনা তৌবিবগী লোয়ন্না অক্কবা ইমুং কয়াবুসু মাংহনখি। উলেমাশিংনা ইংরেজীশিংগী শাসন অসিবু য়ানিংলমদে। মতম অসি ফাওবদা হিন্দু অমসুং

মুসলমানশিংনা ভারতকীদমক পুন্না থবক তৌমিন্নৈ, অদুম ওই-নমক ধর্ম্মগী মরীদদি থেম্নরম্মী ! অহানবদদি সেয়দ অহমদ খাঁন্না হিন্দু মুসলমান অনি অসি ফজবী নুপী অমগী মমিৎ অনিনি হায়না খল্লম্মী। নহাক্না হায়রম্মী—"জাতি অনিগী মনুংদা অমতং মরায় চায়থবদা অতোপ্পা মাংগনি মমৈথংদ। মহাক্না রাখল অদু হোংখি। মুসলমানশিংবু কংগ্রেসকী নিতিদগী তোঙান্না লৈগদবনি হায়বা অসি মহাক্কী অকনবা ফিরেপনি। মসিদগী মহাক্না আলিগড়দা চহি মরি লৈরমলগা মচাগা লোয়নন্না ইংলণ্ডদা চংখি। সরকারগী থবক থাদোকপদগী শিবা ফাওবা মুসলিম জাতীগীদমক য়াম্না কম্না নোমখি। মহাক্না মুসলিমশিংবু লৈখা তাবদগী কননবা হোংনখি। মহাক্কী ইংরেজ মরুপ অমনা মসিগী মরমদা হায়খি "সমাজ অপুন্নবু লৈখা তাবদগী থিংননবা হোংনবা অসি য়াম্না অচৌবা ধর্ম্ম অমনি।"

সৈয়দ অহমদ খাঁনা মুসলমানশিংগী ফিভম অসিদা ওইরক্লবগীদমক্তা মখোয়দা ইংরেজী লোন অমসুং নোংচুপকী চংনবীনচিংবা শন্দোকপা তারম্মী। মসিগী মরীদা মহাক্না থবক কয়া কয়া পায়খৎলম্মী। মহাক্না অনুবাদ তৌননবা কাংলুপ অমা লিংখৎলম্মী। মডুবু সাইন্টিফিক সোসাইটি ওফ আলিগড় হায়না খংনৈ। মহাক্না তহজীব ওল অকলাক কোবা থাগী চেক্লোং অমস্থ পুথোকখি। মহাক্না আলিগড়দা এংগ্লো ওরিয়েণ্টেল কোবা কলেজ অমা লিংখৎলম্মী। মসি মমৈথংদা মুসলিম উনিভরসিটি হায়না মমিং চংখি! মহাক্না রাজনিতি অমসুং শিক্ষাগী মরমদা লাইরিক কয়ামরুমন্থ ইরম্মী, মখোয়শিং অদো শিংথানিঙ.ই

ওই। সৈয়দ অহমদ খাঁনা হিংলিভৈদা মহাকপু মতিক চানা থাগৎপিবা অমম্ভং মমিং চৎপা ফংজখি। ভারতকী ভাইসরোই ওইরম্বা লার্ড লারেন্সনা মহাকপূ "সের" হায়বা মিংথোল অসি পিখি। অসিদা নত্তুনা মহাক্না তৌবা থবক্কীদমক সনাগী তকমান অমম্ভ পিখি। সৈয়দ অহমদ খাঁনা লেজিসলেটিভ কাউন্সিলগী মেম্বর অম ওইখি অমম্ভং মহাক্না শিক্ষা কমিশনগী মেম্বর অমা ওইনা য়াম্না চেকশিন্না থবক অদু পুথৎখি। সৈয়দ অহমদ খাঁনা মতৌ করম্না কংগ্রেসকা মরী লৈনদবনো হায়বগী মরমদা ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদনা মহাক্কী লাইরিক 'খণ্ডিত ভারত" তা ইরি। কংগ্রেসকী অহুমশুবা অধিবেসনগী মতমদা লক্ষ্ণৌদা মহমদন এজুকেশন কংগ্রেসকী অধিবেসন তৌই। মসিগী মতুংদা ময়ামগী অপুনবা সভা অমদা সৈয়দ অহমদ খাঁনা ইহান হান্না কংগ্রেসপু য়াদবা রা ওাংখি মহাক্কী রাওাং অসিগী ফলনা মুসলিম অয়াম্বনা কংগ্রেসপু থাদোকখি। মহাক্কী রাজনিতিগী রাখল অতোপ্পা অমা ওইরবস্তু য়াম্না নোম্বা কনবা, কিবা লৈতবা অমম্ভং সমাজবু চাওখৎনবা হোৎনরম্বা নুপা অমনি।

# নানা সাহেব পেশৱা

ভারতকী নিংতম্বগী অহানবা লানহৌদি থাঙ্গৈশেংনমক দিল্লীগী অয়োইবা মুগল নিংথৌরেল বাহাদুর সাহগী মতমদনি অদুগা মসিগী লুচিংবাদ নানা দাহেব পেশৱানি।

নানা সাহেব পেশৱা অনিশুবা বাজীরাওনা মনাক্তা য়োক্লুনা থমলকপনি। বাজীরাওনা ইংরেজীশিংগা সন্ধি অমা তৌনখি। মদুগী মতুং ইন্না মহাক্তা চহিগী পেন্সন লুপা লাক ৮ ফংবগী মদুগা লৈবাক পুম্নমকী মপু ইংরেজীশিংদা শিন্না থোকখী অদুগা মহাক্না কানপুরগী মনাক্তা লৈবা বিঠুরদা লৈবা হায়না য়াখিরম্মী। মতম অদুদা নানাগী মপা মমাদি মহারাষ্ট্রদা লৈরম্মী। বেনু হায়না কোবা থুঙ্গং অংদা নানা সাহেব পোকখি। মহাকপু পোকপা মপাগী মমিংনা মাধবরাও অদুগা মমাগী মমিংনা গঙ্গা বাই হায়না কৌই। মখোয়না ইংরেজীশিংনা ওাকপা লৈবাক্তা লৈবা পামদবদগী বাজীরাওনা ওাকপা বিঠুরদা লাক্লুনা লৈরখি। মতম অসিদা নানাদি চহি অনিত্তা মওায়রি। মহাক্কী মশক্তি য়াম্না ফজৈ অমসুং অউবা মী পূম্নমকী পুক্লিং হুননবগী মশক্কি। অওাং অসিবু বাজীরাওনা মনাক্তা থম্লদুন। মহাকী মচানি হায়না লৌথোক্লে। মতৌ অশুম তৌরদুনা থুঙ্গংগী অচম্বা ইমুং অমদা পোকপা অওাং ওইরবস্থ পেশৱাগী সিংহাসন ফংবদা মতিক চাবা অওাং অমা ওইনা য়োকখি। অওাং অসিনা অশুম-অশুম

চাওশিন্নকপগা লোয়ননা পেশৱাশিংনা লুচিংজুন। মৱাঠাশিংনা চাও-থংলম্বগী ৱারীসু মথংশিংনা খঙ্গৎলক্রে। পেশৱা থলজাৱ ও লুচিংবদা মৱাঠাগী লৈবাক আরব সাগরদগী বাঙ্গলা ফাওবা শন্দোক্লম্ব। অমসুং মথন্তুনা বাঙ্গলদগী লুপা ১২ চহিদা ফংখিবা অতুগা অমরোমদা পেশৱা বাজীৱাওনা বিঠুৱদা চহিগী পেন্সন লুপা লাক ৮ তা ফংজুন। ইংরেজগী মথুত্তা সিংহাসন শিন্নরম্বা লুমিংশিং অদু মহাক্না মথুং থেক্তুনা মশাং থীখি। অসিগুম্বা মিংচৎ থিবা অসি মহাক্না মতম্‌ই কংথোক্লবস্তু কোক্লরোই হায়না মহাক্না খনখি।

রানীলক্ষ্মীবাই অমসুং তাত্যা টোপে অনি অসি নানাগী মরুপ ওইজনি। মথোয়না ইংরেজশিংগা লান শোক্লনবা অমসুং মথোয়বু দেশতগী তাদোকনবা মতম চুপ্পা খল্লম্মী।

অনিগুম্বা বাজীরাও পেশৱানা শিত্রিঙৈগী মমাংদা লৈরী ঋমকম্‌ পুন্নমক নানাগী মিংদা থনমমী। ইংরেজশিংনদি যানিংদে মমম অতুনা বাজীরাও পেশৱাদা পীরম্বা লুপা লাক ৮গী পেন্সন অদু নানা সাহেবতা পীখিদ্রে। নানা সাহেবনা য়াম্না শাওরজুনা মাইকৈ অমরোমদা মহাক্না পেনসন ফংননবা তাইন্নে অতুগা মাইকৈ অমরোমদনা ইংরেজশিংগী মথক্তা লান তাননবা শেম শাৱম্মী। মহাককী উকিল অজিমুল্লাবু ইংরেজ অওম্বাশিংগী মমাংদা লেপননবা ইংলণ্ড তাম্না থাখি। মহাককী মথুত্তা চিঠি অমা অত্তুম ইত্তুনা পীখি, বাজীরাওনা মহাককী গদ্দী অদু পেশৱাদা চহি খুদিংগী লুপা লাক ৮ পীগনি হায়না কম্পানীদা শিন্নখি। পেনসন অসিনা

অরেম্বা ওইদ্রবদি পন্দী অসিনা ইংরেজীশিংনা খুৎ থিংজিনবা য়ারোই। লেপ্পথিবা অসিনা য়ানরবদি মাইকৈ অমনা য়ারগা অমনা য়াদ্রবদি কৈদৌদৈদস্ ওইবা য়ারোই চিঠি অসিগী মরমদি——পেনসন থিংখরে ননাস্ পেশরাগী লৈবাক হুক্কমব-গীদমক লান শোক্লগনি অসিনি। অমরোমদা ইংরেজীশিংনা থল্লি – মথোয়গী লৈবাক মরা চেংলী, নানানা করিগুম্বদস্ থুগাইবা ঙমলোই। মরম অসিদগী চিঠি অদুগী মরমদা করি অমত্তা থোওইবা তৌদে অদুনা নানাগী রাকং অদু লৌখিদ্রে। নানা সাহেবনস্থ নিঙবা কাম্বগী মহুত্তা পেশরানা পামজরম্বা লুকেনবা অদু মহাক্না ইনখি। বিঠুরগী কোনুংদা পেশরান দরবার শেম লতনা নানা সাহেবনা য়াম্না চিং লেম্না ফমলি। মহাককী ফম ফম কা অদুগী অকোয়বদা ছত্রপতি শিবাজি, অহানবা বাজীরাও অনিশুবা বাজীরাও নানা ফড়নবীস অসিনচিংবা অথঙ অহৈ কয়াগী ফোটো থেংলি। ফোটোশিং অদুনা ঐখোয়না চংলম্বা লম্বেল অসিনি হায়বগী মওংঙম লৈরি। নানা সাহেবকী লুহপ অদু মনি মুক্তা কয়ানা থামলি। লংলবা মমিৎ অদু উবদা ইংরেজীশিংনা মহাককী মমাঙদা মকোক নোম্নবগী মশকনি। মহাক্না পেশরাগী সিংহাসনদা ফম্লদুনা মৌলবী অমসুং পণ্ডিত শিংনা পাও পুবা ওইরদুনা ভারতকী নিংথৌ পুম্নমক্তা চপ মান্ননা ইংরেজগী মথক্তা লান থৌনবা তোংনরগমী। তল অমসুং খবালনা লানহৌ অদিগী খুদম ওইখি। খুঙং খুঙংশিংদা পোংশিং অসি উনরক্লে। তলশিং অসি কংবা মীনা অমুক

তলশিং শাড়ুনা অতোপপগী যকমদা থায় মসিগী অর্থদি হাৎন-থিন্নবা শেম শারো অসিনি।

ভারত অপুম্বনা লান হৌননবগীদমক শেম শারে হায়বা নানা সাহেবনা য়াম্না নিংথিজনা থৎখি মতুদগী মহাক্না অরোইবা উৎননবগীদমক লম কোয়বা শাশিন্নতুনা মপান থোরক্লে। হন্নককী নানা সাহেব পেশরাগী খেওচৎ অসিদা মহাককী অজিমুল্লা উকিলস্ য়াওরক্লি। মতম অদুদা আগ্রাগী ইংরেজ জজ মোর লেগু সাহেবনা উনবা থাকখি। নানানা মাগী মপুক্লিংদা কিরি তৌরিবগে খওহন্দনা মহাকপু তরাম তরামনা ওকখি। অসিগী মতুংদা মহাক্না দিল্লীদা চত্তুনা বহাদুর শাহগা উন্নরে। মথোয় অনিমক মে থাগী তাং ৩ঃ দা লান হৌবা হায়না লেপনরক্লে হায়রগা অপুল যৌক্লে। অদুদগী লক্নৌ য়োরকখি। লক্নৌ সরক্তা শগোল তোংবা, উট তোবা অমসু খোঙনা চৎপা মী-য়ামগা লোয়ননা মহাক্না শোংমা শামু তোংডুনা থোরকখি। তৌরিবা ইরাং মতা অসিদা তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক অদু লান হৌনিংবগী ইচুল অমা থাওনরকই। মুমিৎ অসিমক্তা চীফ কমিসনারগী শগোল গাড়ীদা মী থরনা মুংক্লমনা থাজিনখি। নানা সাহেবনা লক্নৌদগী কানপীদা লাক্লে, মফম অসিদা বিহারগী লান হৌবা কুররসিংহগা উনখি। পুম্নমক শিনবা লোইরম্বগা মহাকনা ঠিঠুরদা অমুক হন্নক্লে। মীয়ামনা লান হৌননবগী লেপ নখিবা তারিখ অদু ওাইবা ওমনরক্তুনা লাম্মী মীয়ামনা ইংরেজগী মুসলিং মৈ থাদোকপা অমদি হাৎন-থিন্নবা হৌরক্লে। অদিগা

লোয়ন লোয়ননা দিল্লী, লক্ষ্ণৌ অম্বালানচিংবা মফম পুম্নমক্তা ইংরেজগী মথক্তা লান হোনরক্লে। কানপুরগী ইংরেজশিংনা মতম অসি ফওবা নানা সাহেবপু মথোয়গী মরুপনি হায়না খল্লি। কানপুরগী শগোল তোংবা লানমী অমস্থং খোঙমীশিংনা হৌরক্লবা মতমদা মথোয়না নানা সাহেবকী মতেং নিরকখি। নানা সাহেবনা মাগী লানমী শগোল তোংবা ৩০০ গা লোয়ননা মফম অত্তুদা লাক্লগা লানহৌবা কাঙবুশিংদা সরকারগী খাজনা শিন্নবিরম্মী। মতৌ অশুম তৌনা নানা সাহেবনা লানহৌবা কাঙলুপ শেমগৎখি মতুবু ইংরেজশিংনা করি অমত্তা খঙবা ঙমখিদে। দিল্লীদা লানহৌবগী পাও হেক ফংবগা কানপুরদা ইংরেজশিংনা মতু মচা পুতুনা হি তোংতুনা চেল্লে তৌইগুম্বসুং সিফাইশিংনা হি শিংদা লোংখৈনা কাপ্পা হৌখি। অমুম্না হাংন শুনবদা ইংরেজ্জা খরতমক হিংহোই। কানপুরদা ইংরেজীগা শাসন মুৎলবদা নানা সাহেবনা মফম অত্তুদা দরবার তৌখি। মহাকপু ইকাই খুম্নবা ওইনা তোপ ২১ রক কাপখি। মতৌ অশুম তৌনা মহাক্কী মপান্বোম পাঙ্গলনা পেশরাগী গাদ্দিদা ফমখি।

অসিগী তুংদা মতম ইকুয় কুইদনা মাইকৈ মরিদগী ইংরেজ লানমীনা লান হোরকতুনা মহাক্কী মপাঙ্গল পুম্নমক ময়েং তাখি। চাওরাক্লা চহি চুপ্পা ইংরেজশিংগা লান শোক্লরম্মী। মমৈথংদা মায়থীরগনি হায়না খল্লতুনা সিফাই খরগা লোয়ননা নেপালগী জঙ্গলদা চংখি অমসুং মতম চুপ্পগীদমক মাঙখি। মহাক কদায়দা লৈখ্রবা অত্তুগা করি মওং ওইখ্রবা হায়বা ঙসি ফাওবা কনা

অমত্তনা খঙবা ওমখিদ্রে ! অদুম ওইনমক ঐখোয়না অসিমথৈ-তদি খঙলি— মহাক অসি মরৈবাক নিংব, দেশপু নিংতম্লনবা হোৎনবদা থয়াই হকচাং লল পুম্নমক কথোকখ্রবা অকনবা অমনি। মহাক্না ইংরেজী লুপী অঙাংবু নিংথিনা কনবিখি। ইংরেজীশিংবু ভারতগী তাম্থোকতুনা ভারত মচাগী অপূনবা লৈবাক অমা ওইনা শেমগৎপা অসিনা মহাকী অমত্তা ঙায়বা য়াখলনি।

মহাক্না দেশকীদমক মথয়ায় কথোকপগী ভারত মচাশিংগী খম্মোয়দা নিংতম্নগী মৈরি চুবিরম্মী, মত্রু কনা অমগুনা মুথৎপা ওমখিদে। অনিগুম্না ম'রা নিংবগী মৈরি অসিনা ভারতশিনবা থুংনা হৌরক্রবদা ইংরেজশিংনা দেশ অসিবু থাদোকপা তাখি মহাককুম্না কয়াগী মথৌনা অমস্তুং মপাঙ্গলগী মতেংতনা ঐখোয়না ঙসি নিং-থা তম্না লৈবাক অমা ওইনা লৈরিবনি।

— — — —

# ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর

ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর বাঙ্গলা দেশকী মেদিনিপুর জিলাগী বীরসিংহ কৌবা খুঙ্গংদা পোকখি। মাবু পোকপা মপাগী মমিংনা ঠাকুরদাস বন্দোপাধ্যায় অমসুং মমাগী মমিংনা ভগবতী দেবী কৌই।

মহাক্কী বুদ্ধিদি অঙকপনি। মহাক্না অমুক্তং পাখিবা পরা অদু য়াম্না নিংথিনা থঙবা ঙম্মী। মতো অশুম্না চহি ১১ তা ঙায়রিঙৈদা মহাক্না ব্যাকরণ পাস তৌদুনা সাহিত্যদা খোঙদাখি! সাহিত্যগী থাক্তসু মহাক্না মকোক ওই অমসুং মতম চুপ্পদা ছাত্র বৃত্তি ফংই। মহাক্না বেদান্ত, স্মৃতি, দর্শন অসিনচিংবদসু মনা ফংই। মহাক্না অয়াম্বা লাইরিকশিংবু চিনফা পুথোকই; মরম অসিনা মহৈ হৈবশিং মহাক্কী পণ্ডিত ওইবগী মওং মতো অদুবা "বিদ্যাসাগর" হায়বদি মহৈগী সমুদ্র হায়বা মিংথোল অসি পীবিখি মমৈথংদদি মহাকপু ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর হায়না কোনখি; মহাক অসি বিদ্যাগী সমুদ্র ওইবত। নত্তনা খোঙ্গালগীসু সমুদ্র ওইরম্মী। মতম অমদা অঙাং অমনা মঙোন্দা অনা অমা নিরম্মী, মতুদা মহাক্না অঙাং অদুদা হায়খি— "ঐনা নঙোন্দা লুপা অমা পীরবদি নং করম তৌগনি।"

অঙাং অদুনা খুম্মকই— "অনা মরিনা য়োন্নবা কবোক লৈগনি, অনা মরিনা চানা লৈগনি, অদুগা অরেম্বা আনা নিপাল অদুনা ঐগী ইমুং মনুং অপুম্বনা চানগনি। অঙাংগী অচুম্বা

পাওথুম ফংবদা বিদ্যাসাগরনা হয়াওরগনা মংোন্দা লুপা পীখি। লুপা অমা ফংলবদা অঙাং অতু য়াম্না হয়াওনা ময়ুমদা চেনখি, মসিগী মতুং চহি কয়ামরুম হৌখ্রে নোংমদি, মহাক্না কৈথেলদা লৈরিঙেদা থঙহৌদনা লুপা অমখক্ত মাগী মখোঙদা ময়ায়বক থম্লদুনা হায়জরকই— "হে খোজাল হৈবা! অদোমনা ঐগী য়ুমদা লেঙবিয়ু অদোমগী খোজালদগী ঐন অচৌবা ইনাক খুনবা ওইবা ডমলিবনি। ঐনা অদোমবু য়াম্না নিংথিজনা থৌই।"

মসি তাবদা বিদ্যাসাগরনা ঙক্লদুনা হ য়রকই— 'ভাই ঐদি নংবু অদুক মুম্না মশক থৌদে, নং কনানো অমুক্তা হান্না তাকউ, ঐদি কনাদস্ু করিগুম্ন অমত্তা পীখিদ্রি।"

লুপা অদুনা খুম্মকই, "অদোমগী খোজালদগী অচৌবা ডুকান অমদি অচৌবা লল্লোনবা অমা ওইথিবনি।" অশুম্না তক্লদুনা ঈশ্বরচন্দ্রবু মাগী ময়ুমদা পুখিরমই।

ঈশ্বরচন্দ্রনা মহৈ মশিং তম্বা লোইরবা মতু দা ওঝা ওইবা হৌখি। ইহাল হেক হানবদা ফোর্ট উইলিয়ম কলেজদা থাদা লুপা ৫০'০০ তলব ফংদুনা থবক তোখি। কলেজ অদুদা ইউরোপকী ছাত্রশিংনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলা লোন তম্নবগী লাক্লম্মী। ঈশ্বরচন্দ্র ইংরেজীশু মতিক চানা হৈবা মীনি মহাক্তি খোজাল হৈবা অমশুং মীগী কান্নবা তৌবা মীতানি। মহাক্না তকমনবদগী লর্ড হার্ডিগনা বঙ্গাল দেশতা চাওরাকনা লাইব্রিক তম্ফমশং চামরোম থম্লমই। মহাক্কী ওইজবা থাদোকপগী ৱাথলদি অঙকপনি। মহাক কলেজ অদুদা লুপা ৫০'০০ ফংদুনা থবক তোবা মতম

অদুদা লুপা ২০০ গী মক্কম অমা হাণ্ডলম্মী মক্কম অদুদা মহাকপু খল্লম্মী, তৌইগুম্বসুং মহাক্না মক্কম অদু মশানা ওইদনা মাইল ৬০ লাপনা মখোঙনা চণ্ডুনা মহাক্কী লায়রবা তারা নাথজীবু কৌরুরগা খলহল্লী। বিদ্যাসাগরবু ফোর্ট উইলিয়ম কালেজগী অইবগী মকোক খল্লম্মী তৌইগুম্বসুং মুমিৎ খরগী মতুংদা মহাক্না খুভম অদু থাদোক্লুনা সংস্কৃত কালেজগী ওঝা মকোক ওইখি। মহাক্না কালেজগী চাওখৎনবগীদমক রিপোর্ট অমা ইখি, মদু উরগা কলেজগী শিললাঙবা সভানা হরাওদুনা মহাককী তলব থাদা লুপা ১৫০ ফংলম্বা অদু লুপা ৫০০ পীখি। মহাক্না কোলেজদা ওঝাশিং অমসুং ছাত্রশিংবু লুনা তৌই। মহাকনা কোলেজদা মতম চানা চানা থুংই অদুগা অতোপপা ওঝাশিং অমসুং ছাত্রশিংনসু মতম চানা থুংবা মহাকনা পামমী। মহাকনা কোলেজদা ওঝা মকোক ওইবা মতমদা কোলেজ অদুগী ওঝা অতৈনা মাঙোন্দগী কাম্লবা মহৈ-মশিং য়াম্না ফংখি। নোংমদি ঈশ্বরচন্দ্রনা ছাত্র ওইরিঙৈদা ন্যায় অমসুং তর্কশাস্ত্র তমলম্বা ওঝা অমদি কালেজদা খেঙনা কারম্মী। ঈশ্বরচন্দ্রনা মঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা হায়দনা নমসকার তৌরগা ক্লাসতা চংহল্লম্মী। মুমিৎ খুদিংগী অসুমনা করিগুম্বা অমত্তা হায়দনা ওঝাশিংবু চুমথোকখি। নোংমদি ওঝা অদুনা হায়রম্মী—

'নংনা ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা হায়দ্রিবা করিগীনো? নহাককী অসিগুম্বা পুকচেল ঈংবা অসিদা ঐহাক অমুক হম্না থাঙবা ঙমদ্রে। ঐ হয়েংদগী মতম চানা কোলেজ কাজরব্লগে।"

মসিগী মতুংদগীদি ওঝা অদু অনৌক হন্না থেংখিদ্রে। ঈশ্বরচন্দ্রদি ছাত্রগী মফমদা পুকচেল য়াম্না ফজে অদু ওইরগম্ব চেক শিন্নদ ঙাক শেল্লি। মতম অমদা মহাকনা চহি য়াম্ন নোরিবা ওঝা অমা কোলেজ অদুদা হাপলম্মী। ওঝা অদুনা ক্লাসতা চংবা মতমদা অঙাংশিংনা মহাকপু ইকায়ৱ পীরম্মী। ঈশ্বরচন্দ্রনা ক্লাসতা চংদুনা ইকায়ৱবা পীবা অঙাংগী মমিং হংলম্মী মদুদা অঙাং অমত্তম্ব লেপথন্ত্রে। মহাকনা পুন্নমক ক্লাসতগী তান্থোক্লে। থোদোক অসিদা অঙাংশিংনা ঈশ্বরচন্দ্রবু কোলেজ অদুদগী তানথোকনবা অচৌবা সিংদা ৱাকংলম্মী। কোলেজগী শিল লাঙবা অচৌবাশিংনা অঙাংগা ৱাকংপা অদু তারমদে। কালেজগী শাসন পূন্নমক ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরদা শিন্নরমগী। মমৈদদি অঙাংশিংনা ওঝা অদুদা অমদি ঈশ্বরচন্দ্রদা হায়জবা তাখি।

মহাক্কী থবক নিংথিজনা তৌবা অদুদা পেন্নদুনা মহাকপু জিলা কয়ামরুমগী ইন্সপেক্টর থনখি। মহাকনা শিন্দুনা বঙ্গলা দেশতা স্কুল কয়ামরুম লিংখৎখি অমসুং মশামকনা স্কুলশিংবু য়েংখি। নোংমদি করিগুম্বা ৱাফম অমগীদমক ডাইরেক্টরগা ৱা থর য়েৎনরম্মী। মমৈথংদা মহাক্না থবক নিংথিনা তৌবা য়াররোই হায়বা খঙলদুনা মহাককী ফম অদু থাদোকখি। থবক থাদোক্লবা মতুংদগী সাহিত্যগী লম্বীরোমদা পুক্নিং চংখি। মসিদা মহাক অস্থপকী মতিক চাওখৎখি মদুদি অহিং অমদা সরল সুবোধ, সংস্কৃত ব্যাকরনগী লাইরিক অদু লোইনা ইখি। মহাক্না সংস্কৃত বাঙ্গলা অমসুং ইংরেজীদা লাইরিক ৫০ গী মথক্তা

ইথি। জীবন চরিত্র, বোধোদয়, শকুন্তলা, বিধবা-বিবাহ, বর্ণ পরিচয়, মেঘদুত ধ্রান্তীবিলাস বহু-বিবাহ অসিনচিংবা মহাককী মমিং চৎপা লাইরিকশিংনি।

দেশকী মী পুম্নমকপু মহৈ-মশিং হৈহনবনা মহাককী অকনবা থবক্কি হায়না থনখি। মহাক্না হোৎনবদগী বেথুনা বিদ্যালয়, মেদিনিপুর, বর্দ্ধবান হুগলি অমসুং নোদিয়া জিলাদা মুপামচাগী স্কুল ৫০ দগী হেন্না লিংখৎখি। সরকারগী স্কুলগা থবক পুবা কাংবুগা য়েৎনবদগী স্কুলশিং অদুগী থবক পুমনমক মহাকনা পুবা তাখি। বাঙ্গলা লোন তম্নবগীদমক মহাক্না স্কুল ১০১ লিংখৎখি। অসিতা নত্তনা মুংথিলদা থবক তেবশিংনা তম্নবা হায়দুনা মুমিদাং তম্বা স্কুল কয়া অমসু লিংখৎলম্মী। বিদ্যাসাগরনা লিংখৎপা স্কুলশিংদা ছাত্র লিশিং লিশিং থাগা ফিচুন্দুনা মহৈ-তমখি। ছাত্রশিংগী লাইরিককী মগল অমসুং ওঝাগী তলবনচিংবাসু মশামক্না পীথি।

মতম অমদা ঈশ্বরচন্দ্রগী ওঝা অহল অমদা মহাককী মুপী অহল অদু শিগবা মতুংদা চহি থাম্না নোরিবী মুপী মচা অমবু লুহোংলম্মী। ঈশ্বরচন্দ্রন লুহোংবা অসি য়ানিংদে। ওঝা অদুনা কল্লা তক্লদুনা ঈশ্বরচন্দ্রবু মহাক্কী মমুমদা পুরকলমমী। ঈশ্বরচন্দ্রনা মুপীমচা অদুবু উরগা কপলম্মী। অদুদা ওঝা অদুনা মহীকপু থেম্মলদুনা কবিগুম্বা থরা চাননবা হায়রকই। ঈশ্বরচন্দ্রনা য়ুম অদুদা চাবদি হায়রুগমু ঈশিং মরিক অমা ফাওবা থকলোই হায়রম্মগা হৌগত্লুনা চৎখি।

মরল মথুম লৈ হায়দুনা হনুবা অমনা মুপীমচা লৈশাবী অমবু লুহোংদুনা লৌবা অসি মহাক্না কম্না য়ানিংদে।

থৌদোক অসিগী মতুংদগীদি ঈশ্বরচন্দ্রনা হিন্দু সমাজগী কত্রবা লমচৎশিং অসি শেংদোক্লবদা মপুক্লিং চংখি মহাক্না লুখ্রাবী লুহোংবা অসি চৎননবা কম্না হোৎনখি। ঈশ্বরচন্দ্রনা দেশকী মহৈ মশিংতবু শেংদোপদা নত্তুনা অতোপ্পা হীরমদসু শেংদোকখি দেশকী অমোৎপবু শেংদোকপনা মাগী মথৌনি ওনখি। রাজা রাম মোহোন রোয়না হোৎনবদগী সতী প্রথা (হায়বদি মপুরোইবনা শিবদা মহাক্কী নুপী অদুবু মপুরোইবগা পুম্না মৈ থাবা অদুবুনি) শেংদোকখি মদুগা নলোয়ননা ঈশ্বরচন্দ্রনা লুখ্রাবীশিংগী অরাবা কোম্নবা হোৎনখি অমসুং লুহোংবগী মরমদা লাইরিক কয়াংক্রুম ইদুনা, হিন্দুশাস্ত্রগী প্রমান উত্তুনা থাজদবা মীশিংবু খণ্ডননবা হোৎনখি। মহাক্না ইরিবা অমসুং তাক্লিবা অসিনা মীশিংদো করিগুম্বা ফল অমত্তা অমত্তা তারমদে; মদুগী ওন্না লৈনবদা মী অয়াম্বনা মহাককী য়েক্লবা ওইরক্লে। মদুগী খুদম উৎননবগীদমক মাগী অমত্তা ঙাই জরবা মচানুপাবু লুখ্রাবী লুহোংবিখি। বঙ্গাল লৈপাক অপুম্বদা সমাজ শেংদোকপগী ইহৌ অমা হৌগৎলম্মী। বিদ্যাসাগরগী খোল্লাওনা লৈবাক শিনবা থুংলম্মী। মাগী রাখল য়াম্না চম্মী অমসুং য়ুমলৈ কৈরৈম্না অদু মভায়। কনাগুম্বগী অরা অনা তা রক্লবদা মহাক মশামক চত্তুনা থরায় হকচাং য়াওনা সেবা তৌই মহাক্না লায়রবা অমসুং ইনাক খুনবা অনিমকপু চপ মান্নং.. খল্লি। নোংমা মহাক্না কলিকতাগী অচৌবা জমিন্দার অমা

উন্নবা চৎলম্মী, লম্বেক্কদা দুকান্দার অমনা মহাকপু কৌশিল্লম্মা। দুকান্দার অত্নুদি ম্নাম্না চন্বা নুপা অমনি। মতাক্তা ঈশ্বরচন্দ্রবু বোড়া অমা থাদুনা কুমহল্লম্মী। ঈশ্বরচন্দ্রনা দুকান্দার অদুগা য়াম্না নুংশিননা অমম্ভুং চন্না ম্নারী শামিন্নরম্মী, মতম অদুদা জামিন্দার অদু শগোল তোংদুনা থোরক্লম্মী। জামিন্দার অদুনা ঈশ্বরচন্দ্রবু উম্নবা শগোল মংন্ত্রগী বুমংরম্মী; তৌইণ্ডম্বস্ মপুক্লিংদদি য়াম্না চিংনরম্মা। নুমিৎ অদুদদি করি অমত্তা হায়নদ্রে। মথংগী নুমিৎ খর লৈরগা মখোয় অনি অমুক উম্নরে মতুদা জমিন্দার অদুনা ঈশ্বরচন্দ্রদা হংঙকই,——'"হাক্লা অশুম তৌদুনা মফম মফম খুদিংদা করিগী বোড়া মথক্তা কুমলিবনো নহাক নশাগী করিগুম্বা ইজ্জত অমত্তা য়েংদ্রবরা?" বিদ্যাসাগরনা খুমমকই— অদোম্না ঐগা মরুপ ওইবা তৌবিরগনু, মরমদি অদোমদি ম্না-কংনবগী মতম লৈতে। মহাক অদু য়াম্না লাইরে অদু ওইরগস্ ঐনা ঐহাককী লায়রবা দুকান্দারবু ইকাইবা পীবা ওম্মোয়।"

ঈশ্বরচন্দ্রগী ম্না'ডাং অদু তাবদগী জমিন্দার অদু অমুক হন্না চাওখোকপা তৌখিদ্রে! ঈশ্বরচন্দ্রগী পুন্সিগী অসিগুম্বা থৌদোক অমনা ঐখোয় পুম্নমক্কা পাম্না অমা ওইহল্লি। ঈশ্বরচন্দ্র ঙসি সংসারদা লৈখিদ্রে তৌইগুম্বস্ং মহাকী ফজবা মিংচৎ অদুনা ঙসিস্ ঐখোয়গী ইরক্তা হিংদুনা লৈরি।

# দয়ানন্দ সরস্বতী

গুজরাট কাঠিয়াৱারগী মোরবী লৈবাককী খুঙ্গং অমদা পণ্ডিত অম্বাশঙ্কর পোকখি। পণ্ডিত অসিগী মচানুপা অমা লৈরম্মী মহাককী মমিংনা মুলশঙ্কর হায়না কৌই। অঙাং অসি লমচং ফজে মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মাগা পারা ফান্নবা হোৎনৈ। মহাককী ৱাখল থম্নবগী শক্তিদি অঙকপনি চহি ১৬ তা ওায়রিবৈঙেদা যজুর্বেদবু চিন্দা হৈরায় লায়না পুথোকই।

নোংমা শিবরাত্রীগী অহিংনি, পণ্ডিত অম্বাশঙ্করনা মচা-নিপাবু ব্রত তৌনননা খঙহল্লম্মী। লাইশংদা নোংয়াই য়োবা ফাওবা লাইনিঙদুনা ঙৈশৈ শক্তুনা লৈরম্মী। মী পুম্নমক ভম্না তুম্নখ্রে, তৌইগুম্বস্নং মুলশঙ্করদি য়াম্ন খাঙ্গনা শিব মন্ত্র শোল লদুনা শিবগী মূর্ত্তিগী মনাংদা লৈরি। মীনা অশুম্না হায়নৈ—নুমিৎ অসিদগী মুলশঙ্করগী থম্মোয়দা ধর্ম্মগী ৱাখল লৈরম্বা অহু হোংখি। শিবগী মূর্ত্তিদা উচি অমা কাদুনা লাইগী প্রসাদী অদু য়ামনা নুংঙাইনা ফমদুনা চারম্মী। মহাক্না খনখি—মূর্ত্তি মশামক্না অমাংবা উচি অসিনা কাবদা কনবা ঙমদে, মরম অসিনা অতোপ্পগী অরাবদা করিবু ফনবা তৌবা ঙমগদগে। মসিদগী মহাক্না লাইগী মূর্ত্তি পূজা তৌবা কান্নদে হায়না লৌখি। মহাক্না ঈশ্বর থাজদবা মতৌ অসি উবদা মাগী মপানা মাবু য়াম্না চৈরম্মী। অসিগী মতুংথর লৈরগা নুংশিরবী মচন নুপা শিখিরম্মী। মতম

খর অদুক লৈরগা মাগী মথুরা শিখি। মতম অদুদা মহাক্না হিক্ক হিক্ক কপলদুনা থল্লকই—পুন্সি হায়বা অসি ঈশিংদা তাওবা কোঙ্গোলগুম্বনি। মীওইবনা হিংলিবৈদা পুনসিগা চুনবা থবক তৌমগদোবনি হায়না খনখি। মাগী মাওনবা তৌবা, মশাগী ওইজবা তানবা অতোপ্পগী মতেংনা নুংঙ ইবা অনিদগী তেম্মা চাওবা মরাল অমা লৈত্রে হায়না মহাক্না খনখি। অসিগুম্বা মওংগী য়াখলন্দা লুপ্তুনা মহাক্না পুক্রিং য়াম্না নুংঙাইতনা লেনখি। মহাক্না লম বোইবা ওইদুনা চংখিগদ্রা হায়না মপানা য়ামনা চিংনজৈ মরম অসিদগী মপানা মহাকপু লুহোংবিননবা শেম শরগী মসিদা য়ানিংদতুনা মুলশঙ্করনা লম্বোইবগী ফিজেৎ শেংলদুনা সিদ্ধপুরগী মেলা তৌরিবা অদুদা থুংখে। মপানা মহাকনা তৌরিবা পাও অসি তারদুনা মী খর থাবদুনা মহাকপু কোইহল্লুরে তৌইগুম্বসুং মুলশঙ্করনা মীয়াম্না তুমলিবৈদা অমুক তুগিন্না চেনখিদুনা উত্তর প্রদেশতা য়োখে। মফম অদুদা চহি অহুম ককওাওনদুনা লৈরে। মমৈদা মথুরা স্বামী বীরজানন্দগী আশ্রমদা থুংলি। মহাকনা গুরুভক্তি অমসুং সেবাতনা গুরুগী পুক্রিং পেলহনখি। স্বামী বীরজানন্দ অসি মহৌশানা য়াম্না শাওগৎনবা মীশক অমনি। মুলশঙ্করনা স্বামী দয়ানন্দ হায়বা মিংফম অসি লৌদুনা য়াম্না ইংনা অমসুং পুক্রিং চংনা মহৈ তমখি মমথংদা আশ্রম থাদোক্লুনা চংলমদাইদা গুরুনা অশুম্না মঙোন্দা তাকপিখি,——
"ইবুংঙো ভারত অসি অশুকী মতিক পংই লৌনা লুহোংবা, মহৈ মশিং হৈতবা অসিনচিংবা ফত্তবা লমচৎশিং অসিনা সমাজ

অসিবু মাঙহল্লে। নহাক্পা মখোয়গী লমচৎ অদু শোংদোকনি অমস্তুং ইপা-ইপুগী ওইবা বৈদিক ধর্ম্মগী জ্ঞান তাকপিগনি হায়না নিংই।"

মতম অদুদা ভারত্তা অসিগুম্বা ফত্রবা লমচৎশিং অসি চৎনরম্মী——মী খরনা তীর্থশিংদা মহাক মহাক্কী মুপীবু লিক কোন সনা লুপা লৈতেংদুনা দান তোবা চৎনৈ। দান তো-খোকপ্রবা মুপাশিং অহুবু লাইগী সেবা তৌরিবা কাঙবু অদুদগী মমল পাদুনা হংদোকনৈ। অশুম তৌরবদি হয়েংমুককী মপোক্তা ফজবা মুপী ফংগনি হায়না খল্লে। মী খরনা মহাককী মচা-মুপী শংবু মন্দিরদা লাইগা খবক নেমহন্নবগীদমক কখোল্লে। অসিগুম্বা লাইদা কখোল্লবা মুপীমচাশিং অদু লাইগী মনাইমুপী ওইদুনা মখোয়গী মপুঙ্সি অদু হঙোইবগী নওংদা লেনখি। মী খর অমনা গঙ্গাদা মচাশিংবু লংথদুনা কখোকনৈ। অসিগুম্বা অঙাংশিং অদু পাঙবনা ঈশিংদগী ওক্লগা মমা মপাদগী মমল লৌদুনা পী। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদা অঙাং কয়ানা ঈশিং লুপ্তুনা মখ্যাই থাখি। মতম অসিদা সমাজ অদুবু শেংদোকপা অরায়বা থবক নল্লে।

গুরুগী য়াথং কোক্তা থোংলদুনা স্বামী দয়ানন্দনা খুল্লং কয়া অমস্তুং সহর কয়াদা কোয়হল্লমই। গঙ্গাদা স্নান তৌরগা পাপ কোকই হায়বা অসি মহাক্না কয়া য়ানিংদে। জগৎকী মপু ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা মাখন চুরাল্লি অদুগা রানী লিশিং ১৬ লৈরম্মী হায়না কবিশিংনা শিংথাবা অসিবু মহাককী রাখলদদি কবিশিংনা

অসিগুম্বা মী অথোয়বা অতগী পুন্সি রাম্নীবু শেরান্নবা লম্মীদা পুনশবা তৌবনি হায়না লৌই। স্বামী দয়ানন্দগী অসিগুম্বা রা অসি তারগা মতম অদুদা লৈবা মী অয়াম্বনা মহাক্কী য়েক্লবা ওইরক্লে। নাংমদি কর্ণ বৌবা রাজপুট নুপা অমনা মথুক্তা থাংশাং পায়রদুনা মাবু হাংকে হোংনরমই। দয়ানন্দনা মহাককী থাংশাং অদু অনিংথোক্লা থুদেক্লুনা হুন্দোকই। অসিগী মতুং অদু নুমিৎ থর লৈরগা কর্ণসিংহনা শুদা থর পাজিন্দুনা মহাকপু হাৎকে হোংনরমই। দয়ানন্দগী মঙিক মগুনশিং অদু উরগা গুন্দাশিং অদুনা কর্ণসিংহদা হায়রম্মী—"সাধুবু অরাবা পীবা অসি নহাক কর অনক্তা ইকয়াব্র? পাপকী নহৈদি করি ওইবা হৌনৈ।" কর্ণসিংহ নাবনগী ওওদুনা কোয়চৎ চংলম্মগা শিখি। স্বামীজীনা মফম মফম থুদিংমক্তা চৎলুনা মহৈ হৈতবা ব্রাহ্মণ, পুজারী অমদি পাণ্ডা বয়াবু অচুম্বা ধর্ম্ম তাকপিরম্মী। মহাক্না মীশিংদা ফত্তবা থবক-কীদমক দান তৌদননবা কম্না থিংলম্মী! মহাক্না অশুন্না তৌরক্লবদা আয় লাক্তুনা ধর্ম্ম লপ্লোন্দুনা চাবা কাংবুনা মহাককী য়েক্লবা ওইরক্লে। নোংমদি অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ অমনা স্বামীদা হূ হাপচিন্দুনা পীজরম্মী মতু শঙলক্লবদা স্বামীজীনা ঈশিং যাম্না থক-চিন্দুনা হূ অদু ওথোক্লুনা মতুগী ময়াই চমহলম্মী। সহর অদুগী তহশীলদার অদু পণ্ডলনি। মহাক স্বামীজীগী সেবকনি; মহাক্না ব্রাহ্মণ অদুগী ফত্তবা লমচৎ অদু শঙলক্লবদা মাবু ফাদুনা জেলদা থনম্মী অদুবু স্বামীজীনা হায়জদুনা মহাকপু জেলদগী থাদোকপিখি। নোংমম্থু ব্রাহ্মণ অমনা স্বামীজীগী থিঠাই পুররক্লম্মী। স্বামীজীনা

অদু হৃ য়াওরে হায়বা খঙখি। মহাক্না মিঠাই অদু মচেৎ অমত্তং লৌরগা ব্রাহ্মণ অদুদা চাও হায়দুনা পীরম্মী। ব্রাহ্মণ অদুনা য়াম্রে মত্তুদা স্বামীজীনা মোমোন নোক্রদুনা হায়রম্মী—"করিগী চাত্রিবনো? করিগুম্বা হৃ য়াওরবরা? রা অসি তাবদা ব্রাহ্মণ অদু মক্ময় অদুদগী বল্লইদম্ব গুসাই ধর্ম্ম চংপা কাংবুনা স্বামীজীগী শাস্ত্রদা মায়থীরদুনা চান-থক্লবদা হৃ শাপচিন্দুনা হাৎননবা হোৎনখি। থবক অসি পাংথোক্লবা স্বামীজীগী চাক থোংবা মীদা লুপা ৫০০ পীগনি হায়খি। স্বামীজীনা মদু খঙলদুনা চাক থোংবা মী অদুদা মরম অদু হংখি মদুদা মখোয়না কিবনা থক থক নিকখি। রা পুম্নমক শেংনা স্বামীজীনা তাকথোকখি। স্বামীজীনা পামলবদি মখোয়বু রায়েলশংদা প্রমাণ পীদুনা দণ্ডি পীবা য়াবনি অদুবু মহাক্না য়েক্ল-বশিংবু ঙাকপিখি।

স্বামীজীনা অরানবা লম্বেলদা পুরিবা ধর্ম্ম শন্দোকপশিংবু য়াখিদে। অদুগী মহুত্ত বৈদিক ধর্ম্ম অমস্তুং শাস্ত্রগী অশেংবা ধর্ম্মবু উত্তুনা অশেংবা ধর্ম্মদি লৌজাল হৈববুনি হায়না তাকপিখি। মতৌ অশুম তেরদুনা 'আর্য সমাজ' লিংখৎখি। অসিগুম্বা মাগী শিষ্যশিংবু আর্য সমাজি কৌনখি। জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা মাগী অসিগুম্বা ধর্ম্ম শন্দোকপা অসি য়াররমদে। মখোয়না মতমচুপ্পদা স্বামীজীগী মাংহনবা অমস্তুং ফত্তবা মিংচৎ পীননবা হোৎনদুনভা নৈররমই। নোংমদি মহাক্না বা ঙংদুনা লৈরিবেদা অমুবা লিন অমা লংশিল্লকই। লিন অমা অমরম্ব লৈতনা মহাকী মখোঙ তম্না চংশিল্লকই। লিন অদু স্বামীজীনা খোঙনা নোইহত্তুনা

হাংতোক্লগা মহাক্কী ৱা ঙাংবা অদু অত্তুম চথখি। নোংমক্ত মহাক্কা জলন্ধর হায়বা লম অদুদা চংপদা মফম অত্তগী ইনাক-খুনবা সরদার বিক্রমসিংহনা হংলম্মী—'মহারাজ অদোম্না ব্রহ্মচার্যগী মরমদা ৱা য়াম্না ঙাংবিরি—মদুগী প্রমাণ অমত্তা উংপিয়ু।" স্বামী-জীনা মতম অদুদা করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা পীখিদে। সরদার সাহেব অদুনা মহাক্কী শগোল গাড়ী অদুদা তোংলগা চংপা হৌরম্মী। শগোলশিং অদুদা শাজৈনা কন্না ফুরবম্ভ করি অমত্তা লেঙদ্রে। বিক্রমসিংহনা নুংঙাইত্রদুনা তুংলোমদা য়েংথোক্লকপদা স্বামীজীনা গাড়ী অদু ফাদুনা লৈরম্লে। বিক্রমসিংবু উরগা স্বামী-জীনা নোক্কুনা হায়রকই -'উরেদনা ব্রহ্মচার্যগী পাঙ্গল।"

স্বামীজীনা পোইনু ৱাকচংগী নিংথমথবা মতমদা করিগুম্বা ফি অমত্তা শেত্তনা হিমালয়দা তোপ তোরম্মী হায়নৈ। মতম অসিদা ইউরোপকী নুপা মতৈ-মনাওনা ওভরকোট অমদি অরুম্বা ফি শেৎলগম্ভ থক থক নিক্তুনা স্বামীজীনা লাই নিংলিবা মফম অদোমদা লাক্লম্মী মথোয়না স্বামীজীদা মতৌ করম্না অদুক ইংথবা অদুদা ফি য়াওদনা লৈবা ঙমলিবনো হায়দুনা হংজরমই। স্বামীজীনা হায়রকই,—"স্বর সাধন অমদি ব্রহ্মচার্যনা মী ওইবগী ইন্দ্রি পুম্নমকপু খুত্তুম চনবা ঙম্মী!" অস্তুম হায়নৈ স্বামীজীনা ইংথবা মতম অদুদা মশাদগী হুমাং শিন্তদুনা মথোয়বু ঙকহনখি। অসিগী মতুংদা ধর্ম্মগী মরমদা মফম মফমদা ঙাঙদুনা লাকপনা মথুরা য়োরক্লে! মফম অদুদস্থ স্বামীজীগী ৱাঙাং অদু তারগা মী পুম্নমক্না ঙক্লখি। স্বামীজীগী মমাংদ পূজারী অমদি পাণ্ড-

শিংনা লেপপা ঙমখিদে। মথোয়না শাস্ত্রগী মরমদা য়েংনবা ঙম্দ্রবদা ফত্রবা মিংচং পীননবগীদমক মশক য়ামনা ফজবী অদুগা মরমচংত্তি ফজ্জদবী লৈশাবী অনংগী মতেং কৌবা পামখি। মথোয়না নুপী অদুদা অপাম্বা উত্তুনা হায়খি,—"স্বামীজীনা লৈরবা লৈকোল অদুদা চংদুনা মঙোন্দা থংনবা হৌরু। এ-খোয়না মহাকপু বদনাম পীদুনা মকম অসিদগী তান্থোকখিগনি। থবক অসিদা মতৈ য়ানবা ঙালবদি নঙোন্দা নুপা য়ামনা পীগনি।" অঙানবদদি নুপী অদুনা য়ারমদে; মমৈদদি মথোয়না নুপী অদুদা সনাগী লিক-কোন কয়া পীদ্রনা থেমলবদদি নুপী অদু য়ারে। মথংগী নুমিৎ অদু স্বামীজীনা লাই নিংদুনা লৈকোল অদুদা থংলরে। স্বামীজীগী অঙকপগী মশক ঙৈবা মায়পোং অদু উরগা নুপী অদুনা পুকচেল ওল্লদুনা মকোক নোম্নদুনা স্বামীজীগী খোঙ শোকনা থুরমলে অদুগা মহাক্কী লিক কোন পুমনমক কথোক্লদুনা অশেংবা ম্লারম পুমনমক তমঙখি। মহাক্কী লিক কোন পুমনমক হনবিরদুনা স্বামীজীনা হায়বিরকই,—"ইবেমমা অক্ষবা থবক তৌদুনা লৈরুরো সংসারদা অফবা থবক তৌদুনা পুন্সি লেনবতনা অচৌবা লাইনিংনি। নংগী সনাগী লিক-কোন শিং অসি পুজরো।" নুপী অদুগী মপুকচেল ওনবা অদু উরগা পাংথোশিংনা য়ামনা ঙকখি।

স্বামীজীদি মতম চুপপদা মোমোন নোক্তুনতা লৈ। মহাক্কী ম্লাথল য়ামনা চনমী। মহাকনা মপুকচেল ফত্রবা ব্রাহ্মনশিংবু নোকনা-নোকনা ম্লারী শাদুনা মথোয়বু জ্ঞান তাহনবা ঙমখি।

কবীরগী মতৌগুম্না মহাক্না অস্তুম্না হায়রম্মী—" গঙ্গাদা ইরুজবা অমদি লু কোকপনা স্বর্গ ফংলবাদ ঙা, য়াও অসিনচিংবসিদি শোয়দনা স্বর্গগী মপু ওইগনি। মূর্ত্তি পূজা তৌবা অসি অপঙবগী থবক্নি। ঐখোয়না ইপা ইপুগী ইজ্জৎ ঙাক্নে হায়রবদি মখোয়না হায়রম্বা য়াশিং অদু ইনগদবনি। মখোয়গী সেবা তৌগদৌবনি অমত্তং মখোয়বু নুংঙাইনা থমগদবনি। ঐখোয়না ইহংলিব মখৈ মখোয়বু নুংঙাইনা থমগদোবনি অদুগা ইপা ইপুশিংগী মমিংদা ব্রাহ্মনশিংবু পীজ পাথকপনা মখোয়না পেনবা ফংলোই।"

স্বামীজী মতম অদুগী সমাজগী অমোংপা শেংদোকপা অথোইব নুপা অমনি। মহাক্না নৌনা লুহোংবা, অমাং অশেং থায়বা য়ারমদে। ব্রাহ্মণশিংগী থবকপু তৌরবদি হরিজনশিংসু ব্রাহ্মন ওইবা য়াই হায়রম্মী। মহাকনা হরিজন শেংদোকনবা অকনবা অন্দলন তৌরম্মী। মহাকনা অপঙবাশিংবু মহৈ মশিং তম্মী। মমা-মপা লৈতবাশিংগী লৈকম অমস্তুং লুখ্রাবীশিংগী লৈকম কয়া লিংখৎখি। অসিগুম্বা সমাজবু শেংদোকপা অসিদগী মী-শিংগা মহাক্না য়েক্নবা ওইখি। নোংমা স্বামীজীনা যোধপুরদা লাক্লমই। যোধপুরগী নিংথৌনা স্বামীজীবু ইকাইখুম্নবা ওইনা অথেন পোৎ কয়া পূরক্নুনা ওক্লমই। নিংথৌনা স্বামীজীবু মমাংদা লৈবাক্তা ফমলমই মদু উবদা স্বামীজীনা মখুৎ পায়দুনা চিংখৎপীরগা চৌকি মথক্তা ফমহল্লমমী। স্বামীজীনা মফম অদুদা নুমিৎ কয়ানিমরুম লৈবিদুনা নিংথৌ অমদি প্রজাশিংদা ধর্ম্ম অমদি জ্ঞানগী মরমদা ৱা কয়া ঙাংদুনা তাহনবিরম্মী। মতম অদুদা

যোধপুরগী নিংথৌ অসি ননতীজান কৌবা নুপী। অমদা মপুক্কিং লুপ্তুনা লৈরম্মী। নোংমদি স্বামীজীনা নিংথৌগীদা চংপদা হায়রিবা নুপী অদু ফমদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা নিংথৌবু স্বামীজীনা য়াম্না হঙ্গোইখি। য়ুমদা চল্লক্লগা নিংথৌদা নুপী অদু থাদোক্লবা চিঠি অমা ইদুনা পীহনখি। নিংথৌনা নুপী অদুবু হৌজিক্তি থওইবিরক্লে, মদুদা নুপী অদুনা য়াম্না শাওখি। মহাক্না স্বামীজীগী পূজারীদা ইনশিন্দুন শঙ্গোমদা হাপচিনখি শঙ্গোম থকপা মতুং ওাইহাক লৈরগা স্বামীজীনা খল্লখি। মহাক্না পূজারীবু কৌশল্লগা হংখি "নংনা হু য়াওবা শঙ্গোম এখোন্দা পীরবরা ?" পূজারী অদুনা স্বামীজীগী খোংদা তুরদুনা হিংক্না হিক্না কপ্লদুনা মরম পুন্নমক তমজরম্মী। কনাগুম্বা অমা ওইরবদি মীহাৎপা অদুবু ফাবা য়ারবনি অদুবু পোনা ফবা অচুম্বা চংপা স্বামীজীনা মহাকপু মনাক্তা কৌশল্লে অমসুং চৎননবা পৈশা পীরগা হায়বিরকই—"হৌজিকমক নং মফম অসিদগী থুনমক চেনখো। মীশংনা করিগুম্বা খঙলক্লবদি মহাকপু শোয়দনা হাৎপীবা ওারে" মথংগী নুমিত্তা স্বামীজীগী হকচাং অদু য়াম্না শোকচিল্লক্লে। অচৌ অচৌবা ডাক্তর কয়া লাক্লুনা স্বামীজীগী হকচাং য়েংখি অমসুং মফম অদুদগী আজমীরনচিংবা মফম কয়াদা পুদুনা লায়েংখি। অদুবু অরাবনি স্বামীজীগী হকচাং অদু ফবা ওমখিদ্রে। স্বামীজীগী লাইনিং অসি অরাংথংবা ভারস্তা হেন্দোক থোইদোক্লা মহৈ য়ানখি। পঞ্জাবতা হৌজিক ফাওবা মহাক্কী সেবক লৈরি। মহাক্না হিন্দি অমসুং সংস্কৃতকী প্রচার

তৌরমমী। হোগংলকপা নঙারোলদা থোইদোকনা কান্নবা ফংখি। মখোয়না ব্রহ্মচার্য্য, লমচং চুম্বা অমদি গুরুবু সুংশিবা ওইখি। মহাকনা হোৎনবিরম্বদগী ভারত্তা চৎনরবা ফত্রবা থবকশিং —অঙাং ওইনা লুহোংবা, পর্দা চৎপা অসিনচিংবা খণ্ডনরক্লে। মমৈথংদদি লুখ্রাবীশিংগী মচা লুহোংবা অসিসু সমাজনা য়ানরক্লে। স্বামীজীনা তাকপীরম্বদগী ওসি ঐথোয় পুম্নমকনা অচুম অরান মশক থওবা ওমজহোরিবনি। মহাক্কী মফমদা তুংদা হোরকলিবা মীরোল পুম্নমকনা মরু ওইনা ভারত্তা লৈরিবা ঐখোয়না স্বামীজী অসিগী লমন তোল্লবনি।

---

# টোডরমল

ভারতকী অচৌবা থবক তৌবা খরগী মমিং পন্নরব্রবদি টোডরমলসু অমনি। মহাক নিংথৌগী শাগৈদা পোকপসু নত্তে, অত্রু ওইরগনু মঙোন্দা শিন্নখিবা থবক অত্রু অসুপগী মতিক ফজনা তৌরম্মী। মরম অতুদগী ইচম চম্বা কেরানীগী থুবমদগী মথং মথং চাওথৎলক্কুনা অকবরগী খ্বাইদগী চাওবা ফম্নাইবা অমা ওইখি অমসুং মঙোন্দা নিংথৌগী মিংথোল ফাওবা পীখি।

মহাক উত্তর প্রদেশতা সীতাপুর জিলাগী লহরপুর কৌবা খুঙ্গংদা পোকখি। মতম অদুদা সরকারগী অফিসারশিংনা লৌউবাশিংগী মথক্তা য়ামনা ওৎলম্মী অমসুং থাজনা য়ামনা লৌখৎলম্মী। টোডরমলদি লৌউবশিংগা মফমদা ওৎপা নৈবা অসি পামলমদে মরম অসিনা মহাক্না নিংথৌগী লনগৈদা শেলথুম য়াম্না পৈশিন্দুনা থমলগা লৌউবশিংগী অরাবা কোকহনগদবনি হায়দুনা অতোপ অতোপপা অফিসারগী মফমদা খণ্ডহলম্মী। রাফম অসি আকবরগী নাকোং য়োংলম্মী। আকবরনা গুজরাট জয় তৌবা মতমদা মফম অদুগী লমগী মরমদা শিল্লাংনবা হায়দুনা টোডরমলবু থারম্মী। মহাক্না মফম অদুগী লমশিং অদু নিংখিনা ওন্থোকই, লমগী মওং মতৌ অমসুং পোথোকনচিংবা য়েংশিনদুনা পোৎথোকশিং অমসি খাজনা লৌখৎলম্মী। টোডরমলনা ভাকপা চহি অনিগী মনুংদা গুজরাট অসি হংনা অমদি মুংঙাইনা পাল্লম্মী! লৌউবশিংসু মুংঙাইনা পাল্লে অদুগা নিংথৌগী লনগৈসু লন থুম মতিক চানা পৈশিল্লে মসিদা আকবরনা পেল্লদুনা মহাক্কী সম্রাজ্য অপুম্বগী লমগী থবক মঙোন্দা শিন্নখি।

টোডরমলনা সম্রাজ্য পুম্নমকপু পরগনা ১৮২ থোক্না য়েন পোকখি অমসুং পরগনা খুদিংদগী চহিদা লুপা করোড় অমা থাজনা ওইনা ফংলম্মী। পরগনা খুদিংমক অচৌবা অফিসার অমগী মখাদা থমলম্মী। মখোয় অদুবু করোড়ী হায়না খঙৈ। মমৈথংদা করোড়ীশিংনা লৌউবশিংদগী থাজনা হেন্না লৌখৎলি হায়বা আকবরনা তারবদা টোডরমলবু দীরান অসরক হায়না

কৌত্নুনা বিভাক্কী খ্বায়দগী চাওবা অক্নিসার হাপলে। মহাকপু বিভাকশিং অসি শেংদোক্নবা য়াগং পীরে। আইনগী মতুংইন্না টোডরমলনা করোড়ীশিং অকনবা দত্তি পীবা হৈরে। মখোয় অয়াম্বা জেলদা পীথোকখ্রে অদুগা জেলদা লৈনা লৈনা করোড়ী থরদি শিখ্রে।

অহানবমক্তদা মগাক্না লমশিং অসি খৌরীনা ওল্লম্মী মতুদা য়াম্না চিংথোক চিংশিন লৈরম্মা। খৌরীশিংনা চোংলগা হেক চিংশিনবা অদুগা কংলগা হেক শাংদোকপা অসিগুম্বা অমগা অমগা য়াম্না মান্নদবা লৈ। মবম অসিনা মগাক্না অশেংবা নাপ অদু তৌননবা রাশাংদা য়োংকী খুদী হাপলগা লম ওল্লনবা হোংনরম্মী। খাজনা লৌথংপস্থু লমগী অফ-ফত্ত মতুং ইননা লৌখংলি। লমশিং অদু চাওরাকনা মরিথোকনা খায়দোকই— পোলজ, পড়তী, চাচর অমসুং বঞ্জর অসিনি। পোলজ খ্বায় পুম্নমক্কগী লৈহাও চেনবা লমনি। মফম অসি চহি অমদা অনিরক লৌ উই। পড়তী থংনবা চহিদা লৌউদে মরমদি পোংথোক ময়েং তাদনবগীদমক অদুগা চাচরনা চহি অহুম নত্রগা মরি থা দোক্কুনা থম্মী। মতৌ অশুম তৌরক্নুনা লমশিং অদুগী খাজনা লেপপী অদুগা কনাগুম্বা লৌউবাশিংনা খাজনা অদু পোংথোক অদুনা তম্বস্থু য়াহল্লি। অসিতা নত্তনা অরাবা অমসুং চাক তাঙ-বনাচিংবা মতমদস্থু মহাকনা রাংনা অদুম মরোই অদুগা থাগৈ শেংনা মহাক মশামকনস্থু হোংনবি। লৌউবশিংগীদমক মহাকনা সরকারগী লনগৈদগী লুপা পীথোকই—মস্তুবু তকারী হায়না কৌই।

মসিগী ফমনা টোডরমল লৌউবশিংগীদমক্তদি লাইগা চপ মান্নে অদুগা লৌউরিবশিংগী মথক্তা ওৎ নৈরিবা সরকারগী থবক তৌব-শিংদদি হিংচাবগী মশকনি।

লৈবাক্কী থবক তৌবদা মুসলমান অচৌবাশিংগী মতৌগুম্না হিন্দুশিংসু ওইবা মহাকনা পামলম্মী, মরম অসিনা মহাকনা পোৎ-চৈগী হিসাব পুম্নমক ফারসীদা তৌবা হৌরম্মী। ফারসী লোন তৈরবা হিন্দু পুম্নমকনা সরকারগী অচৌ-অ.চৌবা থবক ফংবা ঙমলক্লে। মতম অসিদা রাজনিতীদগী ধর্ম্মনিতী থাট-দোকপা য়ামনা নুরমম্মী। মতম চুপপদা মহাকনা মসিগী রাথল তৌরমম্মী। মহাকনা হায়জবদগী আকবরনা হিন্দু-শিংগী মথক্তা চংলম্বা জজিয়া কৌবা আইন অদু লোথোকহনখি! টোডরমল পুকচেল চেৎপা হিন্দু অমনি। মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী পূজা তৌই অদুগা মহাক্কী পূজা অদু লোইদ্রিবা ফাওবা থবক অমত্তা তৌরমদে। মহাক মৎমবু য়াম্না চেকশিন্না হোৎনৈ। য়ুমদা লৈবা মতমদা কৈজোম শেৎলি অদুগা দরবারদা চৎপা মতমদদি পায়জমা শেৎলগা অচোনবা ফুরিৎ লিংলি। মহাক্না তুর্কীগী মওংদা খোঙউপ চিন্দুম্বী তোংহই অমসুং তুর্কীগী ফিজেৎ শেৎলি। আকবরগী ধর্ম্ম দীন ইলহী হায়বা অদু হিন্দু বীরবল অমসুং মুসলমান অবুলফজলদি য়ানিংঙি অদুগা টোডরমলদি অদু য়ানিংদে। টোডরমলদি সরকারগী পোৎথোক পাম্নবত্তা নত্তুনা অফবা সেনাপতি অমসু ওইরম্মী। আকবরনা মহাকপু অতোপ্পা সেনাপতিনা মায়থীবা ফংলকপা মফম অদুদা কপ্পারক

হন্না থায়। দিল্লী কোন্নুংদগী থন্না থাপ্না লৈবা মরম্না বাঙ্গলা লৈবাক অসি য়াম্না তোয়না লান হৌরম্মী। মমৈদা আকবরনা টোডরমলবু মকম অদুগী লানহৌ অদু নমথনবা থারম্মী। টোডর-মলনা কন্না হোৎনবদগী মফম অদুগী লানহৌ অদু নমথখি। মতো অমুম তৌরদুনা গুজরাটকী সুলতান জকরবু মহাক্না মায়থীবা পীদুনা মকম অদুবুস্থ ইংহনখি।

টোডরমলনা আকবরগী লাণ্মীশিংবু য়াম্না মপাঙ্গল কল-হন্নম্মী হায়বা য়াই। মতম অদুদা মনসবদারীগী চৎনবী অসি লৈরম্মী। মনসবদারীশিংনা শগোল তোংবা অমস্থং খোংমী লাণ্মী থমলম্মী। মখোয়না তলব য়াম্না চারগা শগোলশিংবু কিরায়াদা নেকই। মসিগী প্রথা অসি শেমদোকখি মদু টোডর-মলগী মতেংনলি হায়না য়াই। আকবরনা কাশ্মীর জয় তৌবা পামলম্মী। তৌইগুম্বস্থং মসিগীদমক অহানবদা স্যাত য়াটি লৌশনবা তারম্মী। আকবরনা মসিগীদমক হায়দুনা মহাক্কী মতিক চারবা জৈনখাঁবু থারম্মী। ল্যানক্ষম অদুদা জৈন খাঁনা কম্বিস্থু তৌবা ওমক্রদুনা আকবরগী মতেং নিরক্লমই। আকবরনা জৈন খাঁগী মতেং পাংনবনা হায়দুনা বীরবলগা লোয়ননা লাম্মী লিশিং ১৬,০০০ মকম অদুদা থারকই, লানক্ষম অদুদা বীরবলস্থ শিখি অদুগা লাণ্মী তম্লায় অমরোমস্থ শিখি। আকবরনা অমুক হন্না মকম অদুদা টেডরমলবু থারমম্মী। টো-ডরমলগী মতেংনা কাশ্মীরবু আকবরনা মহাক্কী লৈবাক্তা

হাপচিনখি। আকবরনা টোডরমলবু য়াম্না থাজে, নোংমা আকবরনা কাশ্মীর য়েংবা চংলম্মী। মতম অদুদা নিংথৌগী থবক অমসুং কোন্নুং য়েংশিন্নবগী থবক পুন্নমক টোডরমলদা শিন্নরম্মী। অবুল, ফজল অমদি অতোপ্পা ফম্নাইবশিংগা মহাক্কা য়ানরমদে, অদু ওইরগসু মথোয়না টোরমলগী মথৌনা অমসুং নিংথৌগী থবক থৌরমশিং অদুদা হৈ শিংবা অদুদি খাগত্তবা ঙমদে। টোডর-মলনা অহল ওইরক্রবা অমসুং আকবরগী লৈবাকপু ইংনা পান্নরুবা মতমদা মহাক্না হরিদ্বারদা লৈরগা লাইনিংতুনা লৈজগে হায়না আকবরগী মফমদা হায়জখি। অ'করবনা মহাক্কী হায়জবা অদু য়াবিখি। মহাক্কী জাতীগী মী অমগী মখুবাক্তা টোডরমল শিখি। মী অদুদি মতম অমদা মরাল অমগীদমক টোডরমলনা দণ্ড পীখিবা মীনি। টোডরমল শিথে, অদু ওইরগসু মহাক্কী ৱারীদগী ঐখোয়না থজবা ঙমই—মহাক অসি মশম চুপপদা প্রজাগী ফজনবতা থনবা, নিয়ম-নিতী চুম্না চংপা মীনি। মহাক হিন্দু অমা ওইরগসু মুসলমান্না পানবা মতমদা খ্বাইদগী চাওবা খুৎম ফংখি। মহাক্কী লমচৎ শাজৎ থঙবা ঙমমী মদুদি লবাক্কী থবক পুবদা মী অদুগী মতিক মগুণ য়েংগদবনি, মহাক্কী জাতি অমসুং ধর্ম্ম য়েংলোইদবনি। টোডরমলগী মিংদি ভারতকী ইতিহাসতা মুৎপা লৈরোইদবনি।

---

# মহারানা প্রতাপ

লাক্লো অঙাংশা ৬সি নখোয়দা রাজস্থানগী লেমজ্ঞাকমগী ৱারী তাহনগে, মেৱারগী ইকায় খুম্নবগী ৱারী তাহনগে, চিত্তোরগী লেমফজমগী ৱারী তাহনগে ঈশ্বর নীংবী মীরা মপুনিংবী পদ্মা, মরৈবাক নীংবা মহারানা প্রতাপ অসিনচিংবা অচৌবা ভক্ত ওইখিবা চিত্তোরগী ৱারীনি।

মে থাগী তাং ৯ অসি মেৱারগীদমক্তা মরাইবক ফবা অমসুং ভারতকী নিংনিংঙাই ওইবা নুমিৎনি মরমদি—নুমিৎ অসিদা উদয়পুরগা সাঁগাগী মশু অমসুং উদয়সিংহগী নিংথিরবা মচা মতিক মগুণ লৈরবা প্রতাপ পোকখি। লাইবক থীবদি উদয়সিংহ য়াম্না কে-মোবা পাম্বা নিংথৌ অমা ওইবনা মহাক্না নুপী ২০দগী হেন্না লুহোংখি অমসুং মখোয়গী মচা কয়ামরুম পোকখি। উদয়সিংগী মচা ময়ামগী মরক্তা প্রতাপসিংহ জগমাল অমসুং শক্তসিংহ অথোইবনি। হৌজিক উদয়সিংহগী কৎতবা অমসুং মিহৌলাংদা থুবগী শকতম অমতং য়েংলশি—মহাক্না শিদ্রিঙৈগী মমাংদা অথোইবা মচা প্রতাপপু থম্নগা মহাক্না থোইদোক্না নুং-শিরবী মহারাণী ভটরানীগী মচা অপাম নুংশিনা থম্নবা জগমালবু সিংহাসনদা কাহনখি। প্রতাপ অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী রানা সঙ্গা অমসুং রাণী পদমিনীনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা থরায় থা-খিবগী ৱারী তারম্মী। মহাক্না চিত্তোরগী অৱাবা অমদি রাজপূতকী ধর্ম্মদি দেশকীদমক্তা মথরায় কৎপনি হায়বা অসি মহাক্না

থওখি। চিত্তোরবু অমুক হন্না লৌশিনগনি হায়না মহাক্না ৱাশকখি। তেল্প কাপ্পা থাংহায়বা অমস্তুং শগোল তোংবা অসি মহাক্কী অঙাং ওইরিবৈগী শান্নবনি। মহাক লান্দা ৱান্না হৈ-শিংই অসিগুম্বা গুণশিংনা মহাক ফিদম্নফম ওইবা মহারানা অমা ওইখি। মহাক্না সিংহাসন হেক ফম্লগা ৱাশকখি—"চিত্তোরবু হঞ্জিনবনা ঐহাক্কী তানিংবনি, থৱায় কাথোকপনা ঐগী অপ্নেলনি, সমুদ্রনা মহাক্কা ইক্তিং থাদোক্লবস্তু, হিমালয়না মহাক্কী মতিক মগুণ থাদোক্লবস্তু প্রতাপনা থৱায় পাবা ফাওবা ৱাশক কায়-ররোয়। চিত্তোরনা নিংতমদ্রিবা ফাওবা সনা লুপগী কোল-লিক্তা চারবোই, অমোনবা ফমুদা তুমথরোই, কোম্নুদা নৈথ-রোই, হরাও কুম্মৈ শোররোই লান্দা ঐগী ইক্তিং যোপ্পোকলোই কোই ককথরোই।"

রানানা মেৱারগী চাংঙ্গাওশিং, লম্নেলশিং অমসু শুরুংবু কোনুংনি হায়না থনখিবা অসি ইতিহাসনা সাক্ষানি। উনাদা পুথম ওইদুনা, পূখিদা ঈশিং থক্তুনা, নুঙদা মোন থাওদুনা, থাবলনা থাংমৈ ওইদুনা, আকাশবু যুমথক্কি থন্দুন দেশকী ইজ্জং ধর্ম্মগী ইজ্জং অমসুং জাতীগী ইজ্জং ঙাক্তুনা মপুন্সি লেনখি। আকবরগী অথোইবা সেনাপতী মানসিংহগা প্রতাপকা থেংনবদা সোলাপুরগী লানফমদা মানসিংহনা মায় পাকখি মতম অজুদগী হৌনা মানসিংহনা প্রতাপকা আকবরগা মরুপ ওইননবা হোংনগে হায়না থনখি। মানসিংহগী পাউ ফংবদা প্রতাপনা ইকায় খুম্নবা উৎননবগীদমক্তা উদয় সাগর পাৎ তাননা লাক্লম্মী। ইতিহাস

ইবা কাংবুনা হায়নৈ - —মানসিংহনা প্রতাপ্সু শেল্লম্মী। মহাক্না হায়—"আকবর হিন্দুশিংবু লুনা তৌবা মীশক্লি, মহাক্না হিন্দুগী নিয়ম মতুংইন্না লুহোংই মহাকনা হিন্দুশিংগা মথক্তা লোরম্বা জজিয়া কৌবা খাজনাবু কোকহুল্লি অদুদা যন হাৎপস্তু য়াদে। মহাক্কী দরবাবর্দা মতিক মগুন লৈরবা টোডরমল কবি পৃথ্বীসিং অমস্তুং বীরবলনচিংবা কয়া কম্না লৈ। মরম অসিনা ঐহাক্তি মহাকপু হিন্দুনি হায়না লোই। মরম অসিনা নহাককী মরুপ ওইবদস্তু মতিক চাবা মীশক্লি নত্রবদি মতম চুপ্পদা লান তৌদুনা নহাক্কী অমাঙবা ওইগনি।" রানানা হায়রকই—"ঐগী অমাঙবা ওইরবস্তু ঐদি রাশক কায়হনবা ঙমলোই অমস্তুং ঐগী ইপা ইপুগী ইর্জ্জৎ লৈথা তাহনবা ঙমলোই "

রানাগী পাওখুম অসি তাবদা মানসিংহ ভুমিন্না লৈরম্মী। রানানা মানসিংহবু চাক্কোরম্মী। মানসিংহনা চাননবগী হায়দুনা য়াম্না লু হেন্না সনা লুপাগী পুথম তোঙ্গোত্তা চাক-ইনসাং হাপ-লম্মী। মানসিংহনা থুংলবা মতমদা মহাকপু প্রতাপকী মচা মুপা অমরসিংহনা ওক্লম্মী। মদু উবদা মানসিংহনা ঙকলদুনা হায়রকই—"মহারানা ঐংাক্না চাক চারোইদ্রা ?"

অমরসিংহনা খুম্মকই —"মহারানাদি কোক চিক্লুনা থোরকপা ঙমদ্রে।"

মানসিংহনা য়াম্না চিং লেম্না হায়রকই—"মহাককী ইথঙ খঙহোদনা কোক চিকলকপা অসি ঐহাক ভাব তারে।"

অমরসিংহনা হায়রকই—অশেংবদি মহারানাদি তশেংনা হকচাং য়াম্না ঙমদ্রবনি।"

মানসিংহনা হায়রকই — "অদু ওইরবদি ঐসু হকচাং ঙমদ্রে।"

মরক অসিদা মহারানানা পাও অমা থারকলম্মা—"তুর্কিগী তেল চাদুনা মরী লৈনরিবা মী মহাক অদুগা চাক চাগিম্বা ঐগী অমসুং ঐগী শাগৈগী ইকায় খুম্নদবনি হায়না থম্মি।" চাক ইনসংবা ইকায় খুম্নদবা ওদনা শাউরদুনা মানসিংহনা চাক মরু অনিথক লৌখংলগা কোয়েংতা হাপলে অমসুং চৎপা মতমদা অসুম্না হায়রম্মী—'প্রতাপ ঐন নহাককী ইকায় খুম্নবগীদমক ঐগী ইজ্জৎপু কংথোকলমলবনি। তোজিক নহাককী ইজ্জৎপু মথেং তাহনবা ঙমদ্রবদি ঐগী ইমি মানসিংহ নত্তে।" প্রতাপনা অসুম্না পাওখুম পীরকই—"মানসিংহ, নহাকপু ঐহাক্না ল্যানফমদা স্বাগত তৌগনি।"

অসিগী মতুং মতম খরা লৈরগা থৌদোক অমা থোকখি। বসন্ত ঋতুনি- "অহরিয়া" উসবকীদমক হায়দুনা মহারানাগা মনাও নিপা শক্তিসিংহগা শা তানবা চৎলম্মী। মখোয় অনিনা য়াম্না তেম্থিরবা ওক অমা হাৎলম্মী। মফিদা মখোয় অনিমক য়াম্না বল্লা থৎনরম্মী — থৎনবগী মরমদি অননা হায় মহাকনা হাৎপনি অমনা হায় মহাকন হৎপনি। শক্তিসিংহনা য়াম্না শাওনা হায়রকই—"ওক অসি ঐগী তেলনা থাদুনা শিবনি অদুনা নহাক্না হায়রবা অদু থাঙ্গেংশেংন লাল্লবনি।"

প্রতাপনা ওংলদুনা হায়রকই—

য়েংউ শক্তি সিংহ প্রতাপকী অশাওবগী মৈমুদা আকৃতি পীনবা হোৎনগমু।"

শক্তিসিংহনা হায়রকই — " প্রতাপনা মহাকী প্রতাপ ওইনদা চাওথোক্লবদি শক্তিসিংহসু মহাকী শক্তিদা লাপল তৌরি।" মথোয় অনিমক খাংখুমদগী থাড শাওরকে, মতম অসিদা মথোয়গী পুরোহিত লাক্লুনা থেমজিল্লি। শক্তি সিংহনা হায়রকই — খা শাংনা খাংখুমদগী থোরক্লবা মতমদা ঙৈ থক্লনা নৈবা ওমদে।" অরাবনি! অকনবা রানা অনিগা খাংগী থোরাংবা অদু পুরোহিতকী বকিদাম্ন কোকখে। অমোংবদি পুরোহিতনা রানা অনিগী লান থামগে হোৎনবা শোয়থিবনি। রানান শক্তিসিংহদা হায়রকই— "পুরোহিত হাৎপগী দোষ নংনা পাগদোবনি, ঐনা নংবু শোয়দনা হাৎকদবনি মতুনু হৌজিক নহাকপু ডাকপিরবনি। হৌজিকমক নহাক লেরার নৈবাক্তগী মপান থোকখো।"

প্রতাপকী অসিগুম্বা বাঙা অসি তাবদা শক্তিসিংহনা খুম্মকই—"ডাকপিবা অসিতনা নহাকা অরাবা ওইরক্কনি। প্রতাপ নিংশিংউ। করিগুম্বা মুমিংগী মসিনা নহাকী উপায় নৈতবা মওং ওইরক্কনি।" মসি হায়রমলগা শক্তিসিংহ দিল্লি তাম্না চৎখে! মান সিংহবু হৈকায়খুম্নরক্তব অমসুং শক্তি সিংহবু তাম্বাক্লকপা উবদা অকবরনা রানা প্রতাপ্পু নায়থিবা পিবা ওমগনি হায়না

থল্লে। মান সিংহনা সেনাপতি ওইদুনা মুগোল লানমীনা রাজপূত লান্মাগী মথক্তা লান্দারক্লে। অকনবা তেঙ্গোল অনিমক হল্দীঘাটতা অকনবা লান থেংনরক্লে। লানক্রম অসিদা রানানা মহাক্কী অকনবা শগোল চেতক তোংদুনা লান শোক্লে। আকবরগী মচানুপা সহাজদা সলিমস্তু শামু তোংদুনা লান অদুদা যাওরম্মী। রানানা মাগী শগোল চেতক তোংদুনা সলীমগী শামুদা চেংশিল্লি। সালিম হাংলগে হায়দুনা রানানা অচৌবা তা অমা লংশিল্লকই। লাইগী নোংদম্দগী সলিম মগুক নেম্থবৌদুনা উচিন নাচিন্না থরাযদি কললোই। শামুনা সলিম পূত্না চেনখে অদুগা মহাক্কী শগোল চেতক্কি শামুগী মনাতোম্না ফুরম্বদগী যাম্না থিনা শোক্লে। রানা প্রতাপনা হল্লকপা মতমদা মুগোল লানগী অনিখক্তা মাগী মতুং ইনললকলম্মী। মথোয়না ইন্নবা অদু শক্তিসিংহনা উরম্মী। মতম অদুদা মহাক্কী থম্মোয়দা মচিন-মনাও নুংশিনবগী ইহৌ অমা হৌরকলম্মী। মহাক্না পাইশিনখিদুনা মিকুপ অমগী মনুংদা মুগোল লানমী অনি অদুবু হাংথি! শক্তিসিংহনা মেরাড় লমদমবু "ইমা হায়না অমস্তু প্রতাপ্প, ভৈম্বা কৌজনিংবনা থম্মোয়দা লাংতক্লখি।" মতম কুইনা কাপ্পনখ্রবা থম্মোয় অদু অমুক হন্না ফিম্নখে। তরাঅনি হলাংদটকী মনাক্তা লৈবা বলীচা হায়না কৌবা খুঙ্গংগী মনাক্তা লৈবা নালা অমা লানবদা নুংশিরবা চেতক, তুম্নুনা মখায় থাখি। মফম অদুদা প্রতাপনা চেতক্কী নিংশিংনবা লৈবুং অমা শান্নখি হায়নৈ। অহানবা লৈবুং অদু হৌজিক লৈথিদ্রে, তোইগুম্বস্তুং হায়রিবা মফম অদুদা শগোল তোংবগী মুর্ত্তী অমা শাদুনা লৈবা লৈতোং অমদি উরি।

অমুক হন্না রানাগা তিন্নদুনা শক্তিসিংহনা মুগোল লান্মী হাংপা হৌরক্লে। অদুবু মশিং থঙদ্রবা মুগোল লানমীগী মমাংদা কয়া কুইনবু থাঙগৎবা! হলদীঘাটকী লানফমদা থাঙবা য়াদ্রবদা সোধা চীংজাওদা মহাক্কী লানশং অমুক শাহনখি। লান তৌবদা মায় পাক্কনি হায়বগী অ'শা উরক্তুবদা, য়েক্নবশিংনা মহৈ মরোং চাদুনা য়েক্নবশিংগী মপাঙ্গল হেন্দনবা মহৈ মরোং পুম্নমক অমম্লং লৌবুক্কী ক্ষৌ-চেং পুম্নমক মাংহল্লে হায়না য়াথং পীখি মমৈ-থংদা মহাক্কী লেমহৌরিবা লানমীশিংস্তু মহৈ-মরোং ফংদদুনা লাম্বনা শিবা হৌরক্লে। রানা মশামক্কীস্তু নাপীশিংনাগী [illegible] হৌদুনা চারে, কোনুং থাদোক্লে, ওন্থোকপনি। নিংথৌনা নাপীগী তল চাও হায়না তমথ মাল্লে। রানী প্রভাময়ীনা নাপীগী তল হৌদুনা মচা নুপী পীক্লিবী অদুবুস্তু পীজখি। অঙাং ওইবগী শেংদবা লোল্লা অশুম্না হায়রকই 'ইমা! এহাকপু চাক পীজৌ, এহাক চাক য়াম্না লা ম্ন!" প্রতাপস্তু মীওইবগী পূকচেল চেনবা গী অমনিনা মচানুপী অঙাং অতগী রা তাবদা মিত্তগী চেম্থরকপা পি শিংবা ঙমখিদে। মহারানানা মচাগী থম্মোয় কায়নবগী মশক ওইরবং রা অদু তাবদা থাঙবা ঙমদ্রদুনা অকবরদা সন্ধি পত্র অমা ইখি। মহাক্না অশুমনা হায়খি—'য়েদি বনগী ভিক্কাই ওইদুনা লৈবা ঙম্মী, তৌটিগুম্বস্তু অঙাংশিংনা করি পাম্বগী জঙ্গলদা কঙাওনদুনা খৌদাংনা অমদি লাম্বনা শিগদোরিবনো?" সন্ধি-পত্র অদু অকবর য়েংখ্রে। অসিদি মহাক্না মতম কুইনদগী মংঙকপা মঙ অদু অচুম্বা ওইখ্রে। পৃথ্বীরাজ অকবরগী দরবারদা রাজ কবি ওইরম্মী। মহাক্না প্রতাপকী চিঠী অদুগী মরোল

তাংদা ভূমিদা লৈখি। হিমালয়না পৃথিবীদা মকোক লোম্বা অমসুং উকুলদা সন্ধি তৌবা অসি থাগবা উমখিদে। মহাক্না অকবরগী দরবারদা লৈরবসু রাজস্থানা ইচম্বং লৈদা তাবা অতুদি য়েংবা উমখিদে। মহাক্না উপায় অমা পুখোক্লগা অকবরদা হায়রকই—মহারাজ, ঐদি চিঠি অসি প্রতাপকীনি হায়বা থাজদে—মসি য়েক্লবনা লৌনম তৌদুনা থারকপনি। মহাককী মপুং ঐ য়াম্না নিংথিনা মশক খঙই মসি মহাক্না ইবা মায়ক নত্তে।" হৌজিক অকবরগী মত পুন্নক চায়থায়খ্রে। অসোমদা পৃথ্বীরাজনা রাণাক্রম্বী — "ঐগা কবিতাগী লৌইনশিন্না লুপখ্রবা প্রতাপপু কনগনি।" মহাক্না প্রতাপকী মকমদা চিঠি অমা থারক্লম্বী, মতু ফংবদা অতুম্বা নোংশা হোৎনখ্রে অমুক হন্না প্রতাপকী থাক্তায়দা ইকাই খুম্নবা তাক্লবগীদমক ইথক তৌরক্লে। রাণানা মপুক্তিদা হায়রকই—"পৃথ্বীরাজ মহাক্না ঐহাকপু লন্দী উংশীবগীদমক ঐহাক নহাকী লমদা তোল্লবনি। মহাককী চিঠিগী মপুং ফাবা পাউথুম কলম্না পীবা ভমদ্রে, থাংশাংগা পীরককনি।" মহারাণানা অসিদগী অমুক হন্না ভীল কাউবুশিংবু পুন্সিন্দুনা লাণ্মীগী মহৈ তম্বীদুনা মুগোল লাণ্মীগা লান থেংনবা শেম শারম্মী। মেবারগী মন্ত্রী মামা শাহনা মপুক্তি চুম্না তাঞ্জরকপা মরল মথুম পুন্নমক রাণাদা কৎলকখ্রে! শক্তিসিংহনসু লল কয়ামরুম পুরক্লুনা রাণাদা খুদোল ওইনা কংখি। রাণাগী মচানুপা অমরসিংহসু হৌজিক্তি লানফমদা কুমথদা মতিক চাবা ওইরক্লে। মহারাণানা অয়াম্বা নিংথৌগী মফমদা লানগী মতেং নিজরুবদসু নিংথৌশিংনা মহাক

মহাক্কী লানমী অমসুং সম্পাত্রী পূন্নমক দান ওইনা পীনবিরকই। অদুগুম্না মতমদা থোকখিবা থৌদোক প্রতাপকী লমচৎ ফজবগী মঙাল মহাক্কী থম্মোয় চেৎপগী থৌদোক কয়া মরুম য়েংলসি। ইখঙ খঙহৌদনা অমরসিংহনা রহীমখাঁনগী লানশংদা লান্দাখি। অমরসিংহনা যুদা ময়ায় কাদুনা লৈরবা মুগোল লানমীশিংবু গাজর মুল্লাগী মতৌগুম্না কক্তুনা হাংখি। হন্নকপা মতমদা অমরসিংহনা লানগী খুৎশু-খুৎলাই অমসুং রহীমগী নুপী জীন-ভপুস্থ ফাদুনা পুবরক্লমী। পাও অসি তাবদা রানানা শাওনা ওংলদুনা অমরসিংহদা হায়রক্লমই "অমর! অসুম্না তৌদ্রিবগী মমাংদা নং হান্না শিরমলবদি হেন্না ফরমগদবনি। মহাক্কী রাণল পুন্নমক মাঙখ্রবরা? নুপীবু বন্দি তৌদুনা পুরকপা অসি নহাক ইকায়দবরা? হায়য়্ কুরিগী তুনিন লৈরি।

অমরসিংহনা পাওখুম পীজরকই — "ঐহাক য়াম্না ফত্তবা থবক তৌরে হায়না চিংনশিঙাই লৈতে। ঐনা মুগোলসিংবু শিক্কা অমতং পীগে হায়দুনা তৌবনি। মখোয়না ঐখোয়গী ইচিল্ ইনাওশিংগী মফমদা কয়াদা অকায়বা চৎখিবা! হৌজিক্তি নুপী অঙাং মাঙখ্রগা থম্মোয়দা কয়াগী মতিক চাকপগে হায়বা অদু মখোয়না খঙলগনি।"

প্রতাপনা নুপী অদুবু রহীমগী মনাক্তা নিংথিনা য়োননবা য়াথং পীবিরমী। মসিগী মতুংদা অতোপপা লান অমমুক থেংনখি। মতৌ অশুম তৌরদুনা মহারানানা লাম্বন ৩২ মথং মথং হন্জোকখি। তৌইগুম্বসুং চিত্তোরবুদি জয় তৌবা ঙমদনা শিখি,

# চাঁন্দ বীবী

চাঁন্দ বীবী হৈশিংবী, মথৌনা নৈবী অমসুং অকনবী নুপী অমনি। মহাকপু চাঁন্দ বীবী কৌদনা চাঁন্দসুলতানা হায়না কৌবদা হায়মনবা থোকলোই। মহাক্না য়ামনা মথৌনা লৈনা আকবরগী অচৌবা লান্মীবু মাইয়োক য়াখি। মহাক্কুপী মথৌনা নৈবী নুপীদি সংসারদা অতাঙবনি।

নিংথৌরেল আকবরনা খা থংবা লৈবাক পুম্নমকপু জয় তৌগে হায়না থৌরাংলম্মী। মতম অদুদা খা থংবা লমদমদা অহমদনগর খানদেশ, বীজাপুর অমসুং গোলকুণ্ড লৈবাক মরি অসিনা অচৌবা লৈবাক ওইরম্মী। লৈবাক মরি অসিগী দরবারদা আকবরনা পাও চংপা মী থাহুনা মখোয় পুমনমক আকবরগী মখা পোল্লু হায়না হায়রম্মী মখোয় বনা অংঙনা আকবরগী মখা পোললু হায়বা অসি য়াদে, তোইগুম্বসুং মুগোলগী অচৌবা লানমীশিংগী মমাংদা মখোয়না লেপ্পদি ঙমদে। মরম অসিদগী আকবরগী মমাংদা মখোয় থাদোক্লখি। আকবরনা খা থংবা লৈবাক শিংনা মাগী মখা পোললু হায়বা অসি য়াদ্রবদা অহমদ নগরজয় তৌননবা হায়দুনা মচা নুপা মুরাদপু থারম্মী, অহমদ নগরদি মতম অসিদা চাঁন্দবীবীনা ঙাক্লম্মী; চাঁন্দবীবী অসি হুসেন নিজাম শাহগী মচানুপী অদুগা আলী অদিল শাহগীদি নুপীনি। মহাক অচৌবা শাহৈগদা পোকপী অমসুং লমচং ফজবী নুপীনি অসিগা লোয়ননা মঙোন্দা

বুদ্ধি লানগী মরম রাজনীতিগী মরম্ম অসিনচিংবা অমত্তা অৱাং অপা লৈতে মরম অসিদগী মহাকপু নাদিৱত উজ জমানী ( সংসারদা মগী মতমদা চাংদম নিঙাই লৈতবী ) কৌথি। চাঁন্দবীবীনা দেশ অসি মহাক্কী মথুক্তগী নাম্লোক খিগদোৱে হায়না উৱকপা মতমদা মহাকক্কী ঈ শাগংখি। মহাক্পা বুরকা শেত্তুনা খুত্তা থাংশাং পায়রগা লানফমদা চোং-থোকখি। লাইবক থীবদি মতম অদুদা অহমদ নগরগী প্রজাশিং অদু পুকচেল তিন্নরমদে।

কাঙবু অনি থোক্লম্মী, অমনা শিয় অতুগা অতোপ্পা অমনা স্বামীগী কাঙবুনি অহমদ নগরগী লানহোবা মথৈনা মুরাতকী মতেং পাঙ্গনি হায়না পাও থারক্লম্মী। মরমশিং অসিনা দেশকী ফিভম হেন্না কায়রবম্ব চাঁন্দবীবীগী মথৌনাদি হংৱরমদে। মহাক্পা শেঞ্জাও পায়বা কাঙবুশিংবু থেমজিন্দুনা মথোয়গী মপুক্লিং নেম-থহল্লী। হৌজিক জ্ঞান তারক্লদুনা মথোয় পুম্নমক আকংবগী মায়কৈদা লেপ্লিংল্লে। মথোয়না মুরাদকী মতেং পাংগে হায়-দোকখিবা অদু নিংঙম্মকত্রে অহমদ নগরগী প্রজাশিংনা চাঁন্দ বীবীনা লৈবাক্কী মপু ওইনা কিলা ঙাকপা লানফমদা চোংশত্তুনা অহমদ নগরগী ঙাক্লনবগীদমক হোৎনবা অদু মথোয়না ময়েক লানা উজ্জরে। চাঁন্দবীবীনা তুমিন্না লৈগোক্তে। মহাক্কী থংগে ইদা মরৈবাক মুংশিবগী ঈপক্লা য়ৈবদা কৰিগুম্ব উপাই অমা তৌদুনা য়েক্লববু মায়থীবা পীগে হায়না খল্লম্মী। মহাক্পা মায়কৈ মরিদা ক্লোয়চেন চেন্দুনা মহৈ মরোং অমম্বং লানগী পোং-চৈ থোমজিনবা

হৌরম্মী। মহাক্কী হৈ শিংবা অমস্তুং রাজনীতিতনা লৈবাক অদুদা লৈবা ইনাকখুনবশিংবু নুংঙাইনা লৈহল্লম্মী অদুগা মহাক্কী খুজিল খোরাংতনা অহমদ নগরবু মরা চেৎনা থমলম্মী। মতুংদা মহাক্না মমিংতা ওইনা ইব্রাহিম শাহগী মচানুপা বহাদুর সুলতান ওইনা হাপ্পুনা সিংহাসনদা ফমহল্লে, অমস্তুং বিজাপুরগী ইব্রাহিম অদিল শাহবুনা সন্ধি তৌনরে। অশুম তৌনা মহাক্কী খোরাং পূম্নমক মপুং ফাহল্লে। মতম অদুদা অহমদ নগরগী লান্মীশিংনা চাঁন্দ বীবীগী লান অসিদা চাঁন্দবীবীগী মনাক্তা নোংমৈ মরু লোয়খে: পোৎ চৈ লাক্লনবগী লম্বীস্তু থিংখ্রে অদুগা কনাগুম্বা অমদগী মতেংস্তু ফংদ্রে। মতম অদুদা চাঁন্দবীবীনা লুপাগী অমদি সনাগী নোংমৈ মরু শারগা য়েক্লবগা লাম্বা পাবা হৌরক্লে। মমৈদা মহাক্কী থৌনা ফবগী ফল লাক্লে, মুরাদকী লান্মীশিংনা তুংদা শন্দোকখরে। হৌজিক্তি অহমদ নগর মপুং ফানা কল্লে।

মমৈদা মুরাদনা হোৎনবা মহৈ য়াল্লে খল্লবদা চাঁন্দবীবীগা সন্ধী তৌনরে। সন্ধী অসিগী মতুংইন্না চাঁন্দবীবীনা বরারগী শরুক অদু আকবরদা পীবা য়ারে। মসিগী মতুংদা চহি মঙা ফাওবা আকবরনা অহমদ নগরদা লান্দাবা ওমখিদে। চহি মঙাগী মতুংদা বাদশাহ আকবরগী খ্বাইদগী অতোনবা মচানা অহমদ নগরবু জয় তৌখি। মতম অসিদা মহাক্না অহমদ নগরবু জয় তৌখিবদি মহাক্না মায়োক্লনবা চাঁন্দবীবী লৈখিদ্রে। লান অসিগী মমাংদা মহাকপু ইনাকখুনবশিং অমস্তুং সরদারশিংনা পুনশিল্লগা চাঁন্দবীবীবু হাৎতোকখরে। কয়াদ অঙকপা খোদোকনো। লমচৎ ফজরবী থৌনা

ফরবী বেগম অমবু কয়াদ তমখিনা হাংখ্রবনো। মহাক্না হিংলিঙৈ মতমদদি দেশবাসীশিংগী থম্মোয়দা দেশভক্তিগী মৈরি অদু হোৎলুনা লৈরম্মী। পাঙ্গ্রবমী ফাওবা মহাক্না দেশভক্ত অমসুং বীর ওইহল্লম্মী। মহাক্না য়েক্কবশিংদা থৌখুখরংগী মতৌশুমনা চোংশিনবা উরগা মাবু কাওবা ঙমখিদে। মহাক্না থোনা ফরবা নুপা অমগী মতৌশুম লান শোকননবা থোরাংখি চান্দবীবীবু য়েক্কবশিংনা মপুক্কিংদা য়াম্না কিনরম্মী অমসুং মহাক্কী মমিং তাবতদা য়েক্কবগী থম্মোয় নিক্লখি। মহাক্কি থোনা ফবা অমসুং কনবদা নুপা কয়াদগীসু হেল্লি। আকবরনা মপুক্কিংদা মহাকপু য়াম্না থাগৎখি, মরম অসিনা অহমদ নগরবু জয় তৌরবা মতুংদা মহাক্না ইহান হাম্না চান্দ বীবীবু হাংপা মী থিখি। চান্দবীবীবু হাংপা মীশিং অদু ফারগা অমমম হাংত্রিবা ফাওবা মহাক্কী মপুক্কি অদু ইংখিদে। মহাকপু হাংপা মীশিং অদু মচেং মচেং কক্কুনা হাংখ হায়রৈ। চান্দ বীবীনা দেশকাদমক মথর ই কথোকতুনা এখোয়গী ইমাংদা কনাগুম্বা দেশভক্ত অমত্তনা কাওবা ঙমলরোইদবা ফিদম অমা থনমল্লে।



# আকবর

ভারতদা নিংথৌ কয়া, নিংথৌরেল কয়া পানখি। মখোয়গী মতমদা লৈবাক চাওনা অমসুং পাক্না শন্দোকখি; য়েক্লবশিংনা মখোয়গী মপাঙ্গল মথৌনাবু উরগা নিক্লরম্মী অদুগা দরবারদা লৈরিবা ফমনাইবাশিংসু করি অমত্তা তৌবা ঙমদে। মখোয়না শিথ্রবা মতুংদদি কনা অমত্তনা মখোয়বু ইকায় খুমনবিদে তৌ-ইগুম্বসুং মখোয়গা মরক্তা অশোক অমসুং আকবরগুম্বা নিংথৌ রেলশিংদি হৌজিক ফাওবা মী পুমনমক্না ইকায় খুমনরি অমসুং খ্বায়দগী অখোয়বনি হায়না শিংথানরি। আকবর অসি মপা হুমায়ুন্না য়েক্লবগী মথুক্তা মায়থিরদুনা কোয়চেল চেন্দুনা লৈরিঙৈ মতমদা সিন্ধগী রেগিস্তানদা পোকই। য়েক্লবনা উদনবা হায়দুনা লোত্তুনা লৈবা মতম অসিদা নিংথৌনি হায়দুনবু মহাককী মচা পোকপদা করিবু থোইনা হরাও-ভয়াম তৌগদগে? মতম অসিদদি হুমায়ুনগী মথুক্তা লিকোল খুজিং অমা ফাওবা লৈত্রেবনি। মহাক্কী খুত্তা কস্তুরী খরা লৈজরম্মী। মতু মহাক্না মরুপ মপাংশিংদা অশুম্না হায়দুনা য়েনজরকই—"ঐনা দিল্লিগী নিংথৌরেল ওইদুনা লৈরবদি অসিগুম্বা খুদোংচাবা মতম অসিদা নুংঙাইনা লেনগদবনি অদুবু হৌজিক ঐগী খুত্তা কস্তুরী নত্তুনা করিগুম্বা অমত্তা লৈজদ্রে; নখোয়না মসি লৌবিরগা অঙাং অসিবু মঙ্গল পীবিয়ু।"

অঙম অপোশিংনা হায়রকই— "নিংথৌরেল ইবুংঙো চিংনবিগনু, অঙাং অসিগী মিংচং অসি কস্তুরী মনম্না চৎপগুম সংসার অপুম্বদা শন্দোকপা ওইরসনু।" অশুম্না ময়ামগী বর ফংথ্রবা

আকবরনি। হুমায়ুন্না অমরকোটকী নিংথৌগী মক্তমদগী মতেং করিমন্না ফংদ্রবদা হিন্দুস্তান থাদোক্তুনা ইরান্দা চংখ্রে। ইরানগী নিংথৌনা লান্মী লৌশিং ১৪ পীতুনা কাবুল অমসুং কান্দাহার জয় তৌরে। মতম অদুদা দিল্লিদা সের সাহগী মচা-মপুশিংনা দিল্লি সিংহাসন মুন্নবগী য়াম্না লাংদম্মী মতুংগী খুদোংচাবা লৌতুনা মহাক্না আগ্রা অমসুং দিল্লি জয় তৌরে। মহাক্কী মরাইবক থীবনা দিল্লিগী কোন্নংগী সিড়ীদগী ওন্থতুনা শিখ্রে। মতম অদুদা আকবরদি বৈরামখাংগা পঞ্জাবতা লৈরম্মী। হুমায়ুন্না লৈত্রবদা মহাক্না দিল্লিগী নিংথৌরেল ওইরে। আকবর মতম অসিদা চহি ১৩গী অঙাং ওইরি। য়েক্কবা কয়ানা য়েংশিল্লম্মী। আদিলস্নরগী অথৌবা সেনাপতি, অমসুং মন্ত্রীনা মুগোল গোবর্নর তাদীকোপু মায়থীবা পীতুনা দিল্লি অমসুং আগ্রাবু খুতুম চনশিল্লি। মতম অদুদা দিল্লিবু জয় তৌবা মহাক অদুবু হিন্দুস্তানগী সম্রাট হায়না কৌনরম্মী। মরম অসিনা আকবর অমসুং বৈরামখানা হেমুগা লান থেংনগে হায়না লেপলে। মথোয়না পঞ্জাবতগী পানীপাত য়ৌরে, মফম অদুদা মায়গৈ অনিমক্কী লান্মীনা অকনবা লান থেংনরক্নে। অহানবদদি য়েক্কবগী লান্মীনা জয় ওইরম্মী তোই-গুম্বসুং আকবরনা নিশান তৌতুনা কাপথিবদা তেন্ন হেমুগী মমিত্তা পাল্লে। তেন্না পানবদা মহাক বাত্তুনা তুরে। সেনাপতি তুখিব উবদা সুরগী লান্মী পুম্নমক কায়তুনা চেনখি। অশুম তৌতুনা মুগোলনা জয় ওইহৌরে। বৈরামখানা হেমুবু ফারগা য়ৌথোক্লনা পুনতুনা আকবরগী মমাংদা পুরক্লগা হায়রম্মী—"নিংথৌরেল ইবুংঙো, মসিদা নহাক্কী অহানবা বিজয়নি। য়েক্কবগী মকোক

অসি থাংনা কক্তুনা বিজয় অসিগী মুংঙাইবা ফোংদোকপীয়ু ।"

আকবরনা নোক্তুনা হায়রকই— "মায়থীরবা অমসুং পুন্নবা য়েক্লবগী মকোক ককপদি পোৗনা ফবা নত্তে। ঐগী থাংদি অদু-গুম্বা থবক কৈদোউদেসু তৌরোই, মহাকপু মফম অসিদগী লাপ্না পুথোক্কথো। বৈরামখাঁনা কেমুগী মঙক ককখি হায়নৈ, তৌই গুম্ভুং আকবরগী য়াঙাং অদু তারগা মী পুম্নমক্না য়াম্না থাগৎনখি।

দিল্লি অমসুং আগ্রাবু মুগোল লান্মীনা জয় তৌড়ুনা হিন্দুস্তানগী নিংথৌরেল ওইরে তৌইগুম্বসুং লৈবাককী শক্তি পুম্নমক্তি বৈরামখাঁগী মখুত্তা লৈরে। মহাক্না তৌনিংবতা তৌরমই মরমদি মহাক হুমায়ুনগী চান্নবা অমদি হায়বা ইনবা সেনাপতী অমনি। মহাক অসি মুগোল লৈবাক শেম্বদা অরাবা কয়া খাংখি। মহাকনা আকবর সিংহাসনদা ফমহল্লে, পানী পাতকী লান জয় তৌড়ুনা অমসুং লৈবাককী য়েক্লবশিংবু মথৌনানা মায়থীবা পীগা অড়ুম্বদি ওইরবদা তপ্না তপ্না অস্তুম লাকঙম ফাঙমদ্রবা অমা ওইরক্লে, মহাকনা মথোক কারকইবা নিংথৌরেলগী য়াথাং ফাওবা ইল্লক্লে। আকবরনা বারম অসিদা য়াম্না নুংঙাইত্রে মতম অসিদা মহাক্তি চহি ১৮ দা মঙায়রি। লৈবাককী চুপলি মহাক মশানা পায়বা পামলে। বৈরামখাঁনবু মনাক্তা কৌশিললগা হায়বম্মী — "বাবা ঐহাক অমদি মুগোল লৈবাকনা নহাককী লমন তোলম্লবনি, ঐহাকনা নহাকপু কৈদোউদেসু কাওবা চুমলোই অমসুং নহাককী কনন শিংবা ঙমলরোই। হৌজিক্তি নহাক অহল ওইরক্লে, লৈবাক ঙাকপগী থবক পূমনমক ঐহাক পুহোরগে বাবা পোথাবিরো অদুগা মক্কা চৎলুরগা মফম অসিদা অমুক

হল্লকপা ঐহাক্না পাম্মজে।" বৈরামখাঁ—"নিংথৌরেল করি তাকপীবা! ঐহাকপু মকাদা চংলু হায়রা?"

আকবর—"হোয়, চহি মতাং অসিদা মকুকাদা চংপদি ববাগী য়াম্না ফবা ওইগনি।"

বৈরামখাঁ—"লৈবাক ঙাকপগী থবক ইবুংঙোনা পৃবিহৌরগে অসিরা?"

আকবর—বাবানা চিংনবিগনু, য়াম্না থাজনা লেংবিরু, ঐনা হৌজিক থবক অসি পুবা ঙমহৌরগনি।

বৈরামখাঁ তুমিন লৈথ অমম্বুং মকুকাদা লাই থুরম্বা চংপা তারে, তৌইগুম্বম্বুং থরা থাগ্না দিল্লিদগী চংলগা মহাক্না লান হৌরক্লে। আকবরনা মরম অসি মুম্না খঙবা মরম্না লাম্নী থরা মাগী মতুঙ ইম্নবা শেম শারম্মী। বৈরামখাঁবু জালন্ধরগী মনাক্তা মায়থীবা পীরে অদুগা আকবরগী মনাক্তা ফাত্নুনা পুরক্লে। আকবরনা মহাক্কী ওঝা অমম্বুং নিঙপিনা ঙাকপি শেনবিথিবা অদুগী সেবাশিং নিংশিংলি। মহাক্না য়াম্না নোল্লুক্না হায়রকই—"বাবা! ঐনা হায়থি, হৌজিক ঐ অঙাং নত্রে, পাঙং ওইরক্লে অমম্বুং হিন্দুস্তানগী নিংথৌরেল ফাওবা ওইরে। ঐহাক্কী রা অদু বাবানা থাজবিদ।"

বৈরামখাঁ—"থাগৎশেংনা ঐহাক ইরাল লৈরবনি।"

আকবর—"মরাল অসি দণ্ডি?"

বৈরামখাঁ—"দণ্ডি হায়বরু হাৎপনি।" অসি হায়দুনা মহাক্না মতুক নোম্মুরম্মী।

আকবরনা নোঙ্গকুনা হায়রম্মী— ঐন, বাবাবু করিগুম্ব' দগিঙ্গি অমত্তা পীরাই। আকবরনা লৈবাক ঙাকপগী থবক পুবা ঙমলে হায়বা থঙবিরে মরম অসিনা য়াম্না নুংঙাইনা মক্তদ লেংবিরে; মকম অদুদগী বাবাগী মরাল শোয়দনা ঙাকপিগনি।”

বৈরামখাঁনা মক্কাদা চৎপদা লম্বীদা আফগান অমনা মহাকপু হাৎখি। আফগান অসিনা মপা অদু বৈরামখাঁনা মনা ঙৈদনা হাৎখি; মদুগী লনন খুম্বনি।

আকবর লাইরিক লাইশু হৈদবা তৌইরগুম্ব মহাকী বুদ্ধি লৌশিং দি অঙকপনি। মহাক্না অহানবদা চিরোল তৌবা মীশিংবু মথং মথং ওইনা তান্থোকখি। মহাকনা রাজপুতশিংগা মরি লৈনদুনা মথোয়দা দরবারগী অরংব থুবম পীথোকখি অমসুং লৈবাককী থবক আয়াম্বা শিন্নখি। অকবরনা রাজপুতশী মতেংদগী লান্না কয়ামরুম জয় ওইখ অমসুং দেশতা অনত্তা ওইবা মওং অমা পুরকখি।

দেশতা শান্তি অমসুং একত্তা লিংখৎপদা নত্তনা আকবরনা সমাজ শেমগৎপা অমসুং শেংদোকপগী রাথলম্ব তৌরম্মী। ভারত অসি অচৌবা দেশ অমনি হায়বা অসি মহাকনা য়াম্না নিংথিনা খঙ্গি। হিন্দুস্তানগী পরমপরা অনসুং সংস্কৃতী, য়ুমলৈ কৈরে অমসুং চৎনবী য়াম্না মুন্না খঙই। হিন্দুস্তানদা মুগোলশিংনা লৈবাক ঙাক্লবদি দেশ অসিগী মমাংলৈগী চৎনবী ঙাক্তনা' চৎকদবনি হায়না নিংথিনা খঙবা মরমনা মহাকন প্রজাগী মথা পোন্না লৈবাক্ ঙাকই। ধর্ম্মগী মরমদা প্রজাশিংনা য়েৎনদুনা থৎনচৈনরম্মী। মহাক ইবা-পাবা ঙমদে তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম পুম্নমকী

অক অকবা লাইরিকশিং পাহনদুনা তারমী অদুগা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংবু কৌদুনা অমগা অমগা ধর্ম্মগী মরীদা য়েংনহল্লি, মহাকসু য়েংনবা য়াওই। ধর্ম্মগী মরীদা অমদি অতোপ্পা হীরমদা য়েংননবগীদমক ফতেহপুরদা অথন্নবা মফম অমা শেমহল্লি। ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা পাওতাক পীননবগীদমক মচিল মনাও অবুল ফজল অমসুং ফৈজী থম্লম্মী য়েংনবশিং অদু মহাকনা ইশিনদুনা থমহল্লি অদুগা য়েংনবশিং অসি তাবদগী অকবরনা ধর্ম্মগী মরমদা মতিক জ্ঞান ফংলম্মী। মহাকনা নোংমদি ফৈজীদা হায়রম্মী—"ঐথোয়না ধর্ম্মশিং অসিদগী অক অকবা রাশিং থনগৎলগা অনৌবা ধর্ম্ম অমা শেমগৎশি।" ফৈজী,—"রাথলদি অচুম্বনি তৌইগুম্বসুং নিংথৌরেল ইবুঙো ধর্ম্ম অসিবু মীশিংনা লৌবিগদরা ?"

আকবর—"মসিদা নখ্তুনা চংহন্নগদবা নত্তে, মপু ক্নংনা পাম্লগা চংপ পামদ্রগা চত্তবা; মসিদগী ধর্ম্মগী মরীদা থংনরিবা অসি থন্না হন্নবকনি অমসু মীশিংনা ধর্ম্মশিং অসিগী অকবা রাশিং অসি থনগৎলগা ধর্ম্ম অমদা পুল্লগনি।"

রাখল অসিদগী আকবরনা "দীন ইলাহী" কৌবা ধর্ম্ম অদু শন্দোক্লম্মী। ধর্ম্ম অসিগা ধর্ম্ম পূন্নমক্কী অকবা রাশিং য়াওরি অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগী রাশিংসু থগৎদুনা লৌখৎলি। আকবরনা নুমিৎ পূজা তৌখি।

চাওর চাওরবা ইমারত (মেমোরিয়ল) শারম্বতা নত্তনা আকবরনা কিলা কয়ানকুল, মীথুংশং, স্কুল, পুখ্রী অমসুং গুহা

কয়া মরুম শেমদুনা থম্লম্মী। মহাক্কী দেশকী কান্নবা অমশুং চাওখৎনবা কয়া য়াম্না তৌরম্বগে হায়বা অদু অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। মহাক্না থাঙ্গৈশেংনা হিন্দুশিং অমশুং রাজপুত শিংগী থম্মোয় জয় তৌবা ঙমখি। মহাক্না মগুণ লৈবা অমসুং মহৈ মশিং হৈবা মীবু মহাক্কী দরবারদা খোমজিন্দুনা থম্লম্মী। মহাককী নবরত্নশিংগী মনুংদা অবুল ফজল, ফৈজী, রাজা মানসিংহ রাজা বীরবল, রাজা টোডরমল, অমশুং তানসেন য়ামনা মমিং চৎপা মীশিংনি।

নবরত্নশিং অসিগী মতেংনা আকবরনা দেশকী য়ামনা চাওখৎনবা থবক তৌখি। মানসিংহ অকনবা, থৌনাফবা অমশুং লানদা হৈবা মুপানি মহাক্না লান কয়ামরুম জয় তৌদুনা দেশতা অপূনবা অমশুং শান্তি লিংখৎলম্মী। রাজা টোডরমলগী মতেংনা আকবরনা লমগী মরীদা অনৌবা নিয়ম শেম্লম্মী, মতুদগী লৌ উবশিংনা য়ামনা চাওখৎখি। অবুল ফজল অমশুং ফৈজী লান হৈবতা নত্তে, ফার্সী অমশুং সংস্কৃতকী পণ্ডিত ওইরম্মী। ধন্য অমশুং সংস্কৃতীগী মরমদা আকবরনা পাওতাক পীরমই। তানসেন অফাওবা ইশৈ শকপা অমা ওইরম্মী। ভারতকী ইশৈদ মহাক থাক য়ামনা রাংই অমশুং মহাককী রাগ রাগীনি য়ামনা মমিং চৎলি। বীরবল নিংথৌগী থবক থোরমদা য়ামনা হৈশিংবা মীশক অমা ওইরমমী অদুগা য়ামনা ফাগী হৈবা মীশকশু ওইরমমী। মখোয় অসিগী মতেঙনা আকবরনা থবক তৌখি। মসিন দেশকী হীরম খুদিংমক্তা য়ামনা চাওখৎপা ওইখি।

শোক ১৬০৫ গী অক্টোবর তাং ১৭ দা আকবর লিখি।

# 'ত্যাগ রাজ'

অন্ধ্র প্রদেশ সঙ্গীত কলাগীদমক মমাংঙৈদগী হৌবা মমিং চংপা মকম অমনি। তঞ্জাবুরগী মনাক্তা ত্রিবাঙ্কুর হায়না কৌবা খুন্দং অমা লৈরম্মী। মকম অসিদা থায়না মমাংঙৈদা রামব্রহ্ম হায়না কৌবা ভগবান রামগী মনাই অমা লৈরম্মী। মহাক বেদ শাস্ত্র যাম্না হৈরম্মী। মহাক্না মচা অহুম পোকখি, খুদাইগী অতোনবা অচুগী মমিং ত্যাগ রাজ হায়না কৌখি। ত্যাগরাজগী পুন্সিগী মতম চাওরাক্না শোক ১৭৬৭ তগী শোক ১৮৪৭ ফাওবনি হায়না লৌনৈ।

কাবেরী তুরেলনা মশা যাম্না লোংবা মরমনা ত্রিবাঙ্কুরবু পঞ্চনদ ক্ষেত্র হায়না কৌনখি। রামব্রহ্মনা মচাশিংবু মহৈ মশিং তম্বীনবগীদমক মকম অদুদা লাক্কুনা লৈখি।

ত্যাগরাজ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মবুদ্ধি যামনা ফররম্মী। মহাক্না মতম খজিক্তুদা মহাভারত, পুরান, রামায়ন অসিনচিংবা পাপোক্রম্মী। মহাক্না লাইরিকশিং অসিদগী রামায়ননা খুদাইদগী হেন্না পামজখি। মরম অসিনা মহাক রামগী ভক্ত ওইখিরম্মী। মহাক্না অয়ুক অঙনবদা হৌদুনা কাবেরা তুরেন্দা স্নান তৌই মতুংদা রামায়ন ভাইহাক পারগা রামগী নাম শোন্দুনা মপাগী মনাক্তা মহৈ তম্বা চংলি। নুমিদাংবাইদা ভজন শক্তুনা ভক্তশিংগী মকমদা ভগবানগী লীলা তাহনখি। মহাকী মখোয়ক্কেন

অশুককী মতিক সুংশিবয়ী, মরম অসিনা মীশিংনা মহাক্কা ভজন অদু য়ামনা সুংশিনা তানখি।

ত্রিবাঙ্কুর নিংথৌগী দরবারদা বেংকটর মনয়া কৌবা ইশৈ শকপা অমদি বীনা খোংবা হৈবা নিপা অমা লৈরম্মী। ত্যাগরাজনা লৈরিবা লৈরক অদুদা মহাক্কী ময়ুমসু লৈরম্মী। ত্যাগরাজগী সুংশিবা পোক্কেল অদু তাবদা শুমহৎতুনা মহাককী শিষ্য ওইহল্লে। চহি অমগী মনুংদা ত্যাগরাজনা গুরুগী মফমদগা বিদ্যা পুমনমক তম্লগা মশা মথন্তনা রাগ, তান অমসুং সুর সাধন তৌবা হৌরক্লে। ত্যাগরাজবু রামগী ভক্ত অমনি হায়বা মীশিংনা খঙনরমদে। মহাককী মমা মপা শিখিবা মতম অদুদা চহি ১৫তা ঙাইরম্মী। ময়াম্বা অনিনা মহাকপু ইচম চম্বা মীনি খন্দুনা মাগী লৌ ইঙখোল শরুক লোইনা মাংহনখি। মহাককী-দমক পিরুবা য়ুম অমা, রামগী মূর্ত্তি অমা অমসুং পূজাগী পোৎ-চৈ খরগা থুংবিরমই। মদু ফংবদা ত্যাগরাজনা য়ামনা পেল্লমই। মহাক্না অতোপ্পা লম-য়ুম করিমত্তা মীৎথৌখিদে।

ত্যাগরাজগী ইশৈদি "কীর্ত্তন" হায়না কৌই। নোংমদি অথোইবা ঋষি নারদনা ত্যাগরাজগী ইশৈ তানবগীদমক চংলমমী। নারদনা সাধুগী ফিজেৎ শেৎতুনা ত্যাগরাজগী ময়ুমদা লাক্লে, মতম অদুদা ত্যাগরাজনা পুক্রিং চংনা ভগবানগী কীর্ত্তন শক্লমমী। নারদনা পেল্লদুনা মঙোন্দা "স্বরার্ণব" কৌবা লাইরিক অমা পীরমই; হৌজিক লাইরিক অসি ফংখিদ্রে। অরাপ্পদগী মী-শিংনা ত্যাগরাজগী ইশৈ তাননবগীদমক লাক্লরমমী। মহাক্

ভক্তিগী মরমদগা মায়কৈ মরিমক্তা মমিং চংখিরম্মী। সঙ্গীত কালাগী অর্টাজশিংনা মহাক্না মমিং চংপা অদু উবদা য়াম্না কল্লক্কুনা রাজনগে থৌরাংলম্মী। মী খরনা মহাকপু য়াম্না নুংশিখি। মখোয়না ত্যাগরাজগী সঙ্গীত কলাগী সুর লহরী অদু রাজমহল ফাওবা ঙংদুনা লৈননবা হোৎনরম্মী। মখোয়না ত্যাগরাজবু রাজমহলদা নিংথৌগী নাক্তা চংননবা ইনশিনখি। অশুম তৌ-দুনা ত্যাগরাজগী ইশৈগী চর্চা অসি রাজমহল য়ৌখিরম্মী। মতম অদুদা শরকোজী তাঞ্জোরনা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইরম্মী। অসিগুম্বা সঙ্গীত কলাকার অসিনা মহাক্কী দরবারদা লৈরবদি কয়াদা ফজথবনে হায়না নিংথৌনা থবক তৌবশিংবু লল-থুম অমসুং খুদোলপোৎ য়াম্না পীদুনা ত্যাগরাজগী ময়ুমদা থারম্মী। শ্রীরামগী চরণগবু পামজবা মরমনা সংসারগী মায়ানা মাবু মীহৌ-হনবা ঙমখিদে। মাগী নয়াম্বশিংনসু কৌন্নুংদা চংননবগীদমক য়াম্না থেম্‌দে। ত্যাগরাজনা মখোয়গী রা অদু লৌখিদে। মহাক্না নিংজরিবা অদুগী মতুং ইন্না দরবারদা চংখিদে।

ভগবান রামবু নুংশিজবা মরমদগী মানা পরিবার পাদোক্কুনা ভিক্ষা নিখি। মানা হাপ্তা অমগী মনুংদা নোংমতমক য়ুমথোং চৎতুনা ভিক্ষা নিখি। নোংমা নিবদা ফংলকপা অদুনা লেম-হৌরিবা মুমিংশিং অদু চানবা হোৎনখি। মসিদা ময়াম্বশিংনা য়ামনা শাওখি।

নোংমগী অহিংদা ত্যাগরাজনা তুম্লিরৈদা মাগী ময়াম্বনা মূর্তিশিং অদু কাবেরী তুরেন্দা লংথখিরম্মা। অয়ুক ওইরক্লবদা

ত্যাগরাজনা মাগী ভগবানগী মূর্তিশিং অদু উবা ফংন্দ্রবদা হিক্লা-হিক্লা কপ্তুনা ভগবানবু কৌজখি। মহাক্না মূর্তিশিং অদু ফংননবা য়াম্না থিজখি তৌইগুম্বসুং থিবদা ফংথিদে। নোংমদি মহাক্না য়াম্না নিংবা কায়না মন্দির অমদা তুম্লিঙৈদা রাম লক্ষমন্না মমাংদা লেপ্তুনা "মহাক্কী মূর্তিশিং অদু কাবরী তুরেলগী মথাদা লৈরে, মখোয়বু লৌথংপিয়ু" হায়বগুম তৌখি। মূর্তিশিং অদু ফংবদা ত্যাগরাজনা কুবেরগী লনগৈ ফংবগুম তোখি। মূর্তিশিং অদু ফংজরগা ময়ুমদা হনখিবদা মহাক্কী মুপীস্থ য়ামনা হর্ষাওখি। মহাক্কী ঈশ্বর ভক্তি উবদা ময়াম্বশিংনা মকোক নোম্থখি।

সুন্দরেশ মুদলিয়ার কৌবা নিপা অমথক ত্যাগরাজগী অচৌবা ভক্ত অমা ওইরম্মী। নোংমদি ত্যাগরাজবু য়ামনা ইকায় খুমননা ময়ুমদা কৌজরমমী। ত্যাগরাজনা হনখিবা মতমদা মুদলিয়ারনা ত্যাগরাজগী ময়োম অতদা লুপা লিশিং অমা হাপ্লম্মী। লম্বীদা ডাকু কাংবু অমা থোরক্লুনা মুওনা থারমমী। ডাকুশিংনা মুওনা থারকপা অদুদা মানা য়ামনা ওকখি। মতম অদুদা মাগী শিষ্যশিংনা তাকখি—মুদলিয়ারনা লুপা লিশিং অমগী ময়োম অমা হাপলকই।

ঐনা অশুক য়াম্না লুপাশিং অসি পুরগা করি তৌনগনি হায়না ত্যাগরাজনা খনখি। মানা ডাকুশিংগী লুচিংবা অদু কৌশিল্লগা লুপাশিং অদু লৌথো হায়দুনা হায়খি। ডাকুশিংগী লুচিংবা অদুনা মথং লোম্লদুনা হায়জখি—"য়েংবিয়ু ঐগী হকচাংদা লোক্লিবশিং অসি ঐথেয়েনা অদোমদা মুওনা থারুবা

অদুদা থৌনা করবা রাজকুমার অনি থোরক্লুনা ঐখোয়বু ফুবিরম্মে। মরম অসিনা হে মহারাজ ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু!

ভগবান রাম অমস্তুং লক্ষন লাক্লুনা মহাকপু কনবিরম্বনি হায়না মানা খনজখি। মহাক্না হুরানবশিংদা হায়রম্মী—নখোয়দ ভগবানগী দর্শন ফংলে। হুরানবশিং অদুনা য়ামনা ইকায়দুনা পোংথোম অদু মরেংবান্দা হাপচিল্লগা ত্যাগরাজবু কাঞ্চিনগর যৌনবা থিনখি।

ত্যাগরাজ হিংলিঙৈ মতমদা মাগী নুপী শিখি। অবাবা থোৗদোক অসিগী মতুংদা মহাক্না সন্যাস ওইখি।

পোইন্নুগী শিথরকপা কুননি পানবা নুমিত্তা মহাক্না সন্যাস লৌবা নুমিৎ তরানি ( ১০ নি ) গুরম্মী, নুমিৎ অদুদা ত্যাগরাজনা সমাধি ওইখি। নুমিৎ অসি দেশ পুমনমক্তা মাবু নিংশিংনবা উৎসব তৌনৈ।

ত্যাগরাজনা সঙ্গীতকী অচৌবা লাইরিক অমা ইরমমী মতুগী মমিং "সতরাগ রত্ন মালিকা" হায়না কৌই। লাইরিক অসি হৌজিক ফংখিদ্রে। মহাক্না পন্থ গ্রন্থ অনি অমস্থ ইরমমী, মতুদা প্রহ্লাদগী চরিত্র অমস্তুং গোপী কৃষ্ণগী যমুনা বিহারগী বর্নন তৌরমমী।

ত্যাগরাজগী মরমদা বিদ্বানশিংগী মত অসিনি— কাবেরী ক্ষেত্রনা অচৌবা ইশৈ শকপা অহুম পোকখি: মখোয়গী মমিংদি ত্যাগরাজ, মুত্তুস্বামী দীক্ষিতর অমস্তুং শ্যামাশাস্ত্রী। ইশৈ হৈবা অহুম অসি মতম অমত্তদা পোকখি। অহুম অসিনা পোক্নকম

লমদমগী তুরেল মঙাগী মন্দিরশিংগী অমসুং মূর্ত্তিশিংগী মগুণ শক্নখী। ত্যাগরাজনা মাগী মপুক্কিদা ইশৈ লিশিং অনি লেংলখী। ইশৈশিং অসি মগাক্না মিংচৎ অমসুং শেল কাননবা লেংশিদে। অতোপ্পা ইশৈ শকপশুন্না নিংথৌগী মনাক্তা চংশিদে। নিংথৌনা দরবারদা কোরবা ফাওবা মহাক্না চংশিদে। মহাক্কী মনাক্তা শিষ্য লিশিং লিশিং লাক্লুনা লৈরমখী। মহাক্কী রচনাশিংদা কবিতা অমসুং সঙ্গীত অনি পুনশি। অমুক তেংকুনা মাগী মচিন্দগী ভক্তিগী ইশৈ লিশিং লিশিং থোকখি; লাইবক থীবনা পুম্নমক কাংশিন্দ্রে।

তুংনগী মতৌগুম্না ত্যাগরাজসু ভগবান রামগী ভক্ত ওইরম্মী। অমসুং মাগী অয়াম্বা ইশৈ শ্রীরামবু থাজনা লেংই অমসুং অতেপ্পা লাইশিংসু থাজনা শকখি। মানা ভক্তি অমসুং নাদব্রহ্মাবু থাজনা তুংনগী মতৌগুম্না মগী দেশকী সীমানাদগী লাংলক্লুনা ভারত অপুম্বদা মমিং চংখি — ।

# "স্বাতি তিরুনাল"

কেরেলা সঙ্গীতকী মরমদা হেন্দোক থোইদোক্লা মমিং চৎপা মফম অমনি। মসিগী মরমদি মফম অদুদা সঙ্গীতনা মীশিংগী সমাজগী ওইবা অমসুং ধর্মগী ওইবা পুন্সিদা মগুন চেনবা মফম অমা ওইখি। মরম অসিনা জগোয় অমসুং ঈশৈ য়াম্না চাওখৎখি। মফম অদুদা অয়াম্বা শাসন তৌবশিংনা কলা বিদ্যাবু মুন্না মশক থঙখি ত্রিবাঙ্কুরগী মহারাজ স্বাতি তিরুনাল রাম বর্মাসু মখোয়গী মরক্তা শংথাবা য়াবা অমনি।

স্বাতি তিরুনাল শোক ১৮১৩ এপ্রিলগী তাং ১৬ তা পোকখি চহি ১৩ দা ওাইরিবৈতক মগাক্লা মলয়ালম, সংস্কৃত, ফার্সী, ইংরেজী, তেলেগু, মরাঠী কন্নাডা অমসুং হিন্দুস্থানীদা হেন্দোক থোইদোক্লা থঙবা ওমখি। চহি ১৬ শুবা মতাংদা মহাক্লা সিংহাসন কাখি। মহাক্লা চাওরাক্লা চহি ১৮ ফাওবা লৈবাক ওাকখি।

মহাক্লা নিংথৌ ওইরিগেগী মতমদা লৈবাকী অমসুং প্রজাগী কান্নবা য়াম্না হোৎনরম্মী। মহাক্লা পাল্লিবৈগী মতমদা প্রজাশিংনা য়াম্না ইংনা অমসুং নুংঙাইনা লৈজখি। মরম অসিদগী ওন্নি ফাওবা স্বাতি তিরুনাল থৌজাল হৈবা লৈবাক ওাকপা ওইবতা নত্তুনা অরাংবা থাকী বিদ্বান কলাকার অমা ওইনা মমিং চংলি। মহাক বেদ, পুরান মুন্না থঙবা অরাংবা থাকী কবি অমসুং কলা

হৈবা ওইরম্মী। নিংগোলেন হন অমস্তুং ভোজগী মতৌগুম্না স্বাতি তিরুনালস্তু কবিবু নিংথৌ অমদগী হেন্না ইকায় খুম্নখি মহাক্না কর্নাতিক অমস্তুং হিন্দুস্থানী সঙ্গীৎপু মুন্না মশক খঙলম্মী। মহাক্না তোঙান তোঙানবা রাগীনীগী শোংচং কীর্ত্তন, বর্নম, পদম তিল্লানা, ধ্রুপদ, খ্যাল হৈশে পুন্নমক চপ মান্ননা খংচখি। মহাক্না মতম অদুগী হৈশে হৈবা মীশিংবু শনমান তৌখি অমস্তুং দান মতিক চানা পীখি।

স্বাতি তিরুনালনা চাওরাক্না হৈশে ৫৫০ ইরম্মী মচ্‌ এথোয়না হৌজিক ফাওবা কংলি। মহাক্না কীর্ত্তনদা নত্তনা পদম, বর্নম অমদি তিল্লানাদস্তু লেংলম্মী।

মহাক্কী কর্নাতিক সঙ্গীত শৈলীদা সন্ত ত্যাগরাজগী রচনাশিংগী ফল য়ম্না লাখি। মহারাজ অসিনা ত্রিবাঙ্কুরদা মতম অদুদা চৎনরম্বা হৈশেশিংবু মপুং ফানা ওইহনখি। মফম অদুদা অনৌবা মওংগী শৈশক অসি হৌজিক ফাওবা মন্দিরশিংদা শক্লরি। ত্রিবাঙ্কুরদা মতম অদুদা হিন্দুস্থানী হৈশে অসি মুন্না শঙনরমদে। মসিবু মীশিংনা পাম্নবগীদমক মহারাজ স্বাতি তিরুনালনা য়াম্না কন্না হোৎনখি।

স্বাতি তিরুনালনা ফজবা লয় অমস্তুং তালগী লোয়নননা হৈশে শকখি অমসুং তৌদুনা মহাক্না চাংদমনিঙাই লৈতনা সঙ্গীত বিদ্যাগী সেবা তৌখি

কর্নাতিক সঙ্গীতকী রচনাশিং অসি মঙা থোক্না খায়দোক্নই কীর্ত্তনম, প্রবন্ধম, বর্নম, পদম অমস্তুং তিল্লানা।

মহারাজনা কীর্ত্তনমবু ইমুং মমুংগী লাইগী মতিক মগুণ শোয়নবা লেংখি। মসিগী মমুংদা নবরাত্রি অমসুং নবরত্নমালা অনি অসিনা হেন্দোক থোইদোক্লা মগুন লৈখি। নবরাত্রি কীর্ত্তনমদা ঈশৈ ৯ লৈ, চহি খুদিংগী দশহারগী সুনিত্তা শক্রে। নবরত্নমালা মসিসু ঈশৈ ৯গী পরেংনি। মসিনা ঈশ্বরগী নবধা ভক্তিগ মরী লৈনৈ। কর্নাতিক সঙ্গীতকী রচনাশিং অসি মহাক্না সংস্কৃত, তেলেগু অমসুং মলয়ালম লোনদা হন্দোক্কনা ইখিরম্মী।

মহারাজ অসি হিন্দুস্থানী সঙ্গীতসু য়াম্না শিংথিনা হৈরম্মী। হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী মমুংদা ধ্রুপদ, খ্যাল, টপ্পা অসিনচিংবসু শিংথিনা খঙখি। "নন্দনন্দ ব্রজ পূর্ণ" ধনাশ্রী রাগ" অমদি "চলিয়ে কুঞ্জনমে তুম" সারঙ্গ রাগদা মহাক্না লেংলম্বা ঈশৈ অসি অসি ফজরবা ধ্রুপদনি। অতোপপা অমনা রাগ মালা ধ্রুপদনি, মসিদা তোঙানবা রাগশিংগী মমিং য়াওই। হায়রিবশিং অসিদগী মহারাজ স্বাতি তিরুনালনা কর্নাতিক সঙ্গীত অমসুং হিন্দুস্থানী সঙ্গীত অনিমক শিংথিনা হৈরম্মী হায়বা অসি ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী

মহারাজনা লেংলম্বা চাওরাক্লা খ্যাল ১২ রোমনি। মসি ফজবগীদমক য়ামনা মমিং চৎখি। মীরাগী ভজনশিংদা মধুর ওইবা অমসুং ফজবা অদুগুম্বা মহারাজগী ভজনশিং "বাজত বধাই নগরী রঘুরাই" অমদি "রামচন্দ্র প্রভু" অসিনচিংবা য়ামনা ফাওখি।

স্বাতি তিরুন্মালনা অমাম্মা মথলগী য়াগিনীদা ঈশৈশিং অতুদা মরাঠী অমসুং হিন্দুস্থানী খোইদাকপা য়াগশু য়াওখি। ভারতকী অমা... মহাক্না কীর্ত্তনমগী ঈশৈ সংস্কৃতা লেংথোকখি। স্বাতি অনুপ্রাস অমশুং তুকবন্দীদা হৈ শিংবা উত্তুনা লাই ইয়নমী। চহি খরগী মমাংদা সংস্কৃতা হন্দোকতুনা কে... মহারাজনা মতিক চাবা কলাকারশিংবু নিংথিনা চংজকম কল। অমশুং সাহিত্যগী হেন্দোক খোইদোক্না সেবা দিল্লী, গ্বালিয়র অমশুং মহীশুরগী হিন্দুস্থানী ঈশৈ মহাক্কী দরবারদা লেওদনা লৈহনখি। মৈরু স্বামী অম... অসিগুম্বা সঙ্গীত বিসারতশিংনা মাগী দরবারগী লৈতে

মহারাজনা চহি ৩৪ শুবদা লোঙ্গাখি। মহাক... শাসন তৌবা অমনি। মহাক্না হিংলিডৈদা প্রজাশিনা ন... অমসুং ইকায় খুমনবা ফংজখি। মহাক্না মতম চু... দরবারবু লুনা অমশুং মতিক মগুণ লৈনবা হোংনজখি। স্বাতি তিরুনাল হিরম খুদিংমকপু মুম্না খঙবা অমশুং মগুণ লৈবা নিপানি। মহাক লোন য়াম্না হৈবা অ... পু মুম্না খঙবা অমা, ওইবতা নত্তুনা ধর্ম্ম চেনবা ম... নিংথৌ অমশু ওইরমগী। স্বাতি তিরুনাল ত্রিবাঙ্কুরদা নিংথৌশিংগী মনুংদা মা পুমনমক্না খ্বাইদগী হেন্না পামন... অমনি।

— লোয়রবা —